# ꯑꯇꯤꯌꯥꯗꯥ ꯁꯝꯕꯜ
# অতিয়াদা শম্বল

ꯇꯦꯟꯊꯥꯏ ꯚꯦꯒ꯭ꯌꯆꯟꯗ꯭ꯔ

তেন্থাই ভেগ্যচন্দ্র

TENTHAI BHEIGYACHANDRA



ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯄꯔꯤꯁꯗ, ꯊꯧꯕꯜ ꯗꯤꯁꯇ꯭ꯔꯤꯛꯇ ꯕ꯭ꯔꯥꯟꯆ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ

MANIPURI SAHITYA PARISHAD, THOUBAL DIST BRANCH

# অতিয়াদা শম্বল (শৈরেংগী লাইরিক)
# ATIYADA SAMBAL (POEMS)


| | | |
|---|---|---|
| অইবা | : | তেম্বাই ভৈগ্যচন্দ্রা |
| মখুম যেকপা | : | নিম আর্টস, তেম্বা মরোংবন্দ |
| কপি মশিং | : | ৫০০ |
| অহান্বা থোংবা | : | ওগষ্ট ২৮/২০১১ ইং, নোংমাইজিং |
| মমল্ | : | লুপা ১৫০/- |
| অথোংবা | : | মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চকীদমক মোইরাংথেম ওংবী ইলনা দেবীনা থোংজবা |
| ফংফম থোকপা | : | অইবগীনি |
| লাইরিক ফংফম | : | ১। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ ওফিস<br>২। লাইরিক য়োনবা দুকানশিং<br>৩। অইবা মশাদগী |
| তাইপসেট তৌবা | : | নাওরেম নন্দবী সিংহ, তেম্বা খোঙবাল |
| নম্ফম | : | মনিপুর প্রেস, পাওনা বজার, ইম্ফাল। |

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

ফব-ফত্তবা হায়বদুনা কোন্নগী ৱানি, খুন্নাইনা লেপকদবনি। ওজা তেম্থাই ভৈগ্যাচন্দ্রনা "অতিয়াদা শম্বল" কৌবা শৈবেং লাইবিক অমা পবিষদ মশাগী মিংদা ফোংজগে হায়বসিদা পুম্নমক্কি নুংঙাইবা ৱাফম ওইরোইদবগী মবম লৈতে। ডিষ্ট্রিক্ট অসিদা সাহিত্যাগী ঈহৌ শাগৎপদা খজিক্কত্তু থৌদাং লৌনবা হায়দুনা পবিষদ মশা অসি অহলশিংনা লিংখৎপীবগ্নিবনি। অদুনা ঐখোয়গী মিংদা লাইবিক ফোঙবিবসিগী তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

জোহ্ন কিষ্টনা মাগী "হ্যমেন সিজল" হায়বা সোনেটতুদা মীওইবগী পোক্লকপদগীনা শিবা ফাওবসি খতু মবিগা মান্নে হায়না চাংদম্নখি (ইংলেন্দদা খতু মবিতা লৈ হায়না লৌনৈ)। মদুগী চপ মান্ননা চাংদম্নবা মওংদি নত্তে, ওজা তেম্থাই ভৈগ্যাচন্দ্রগী শৈবেংসি। মসিদদি কবিনা অতিয়াগী থাজবু থাজ কৌবী চরিত্র অমা ওইনা পুথোক্তনা থাবুম অমগী নুমিৎ শীংবুমশিংবু লাইভ স্পাননি হায়না লৌহনবনি। অদুগা থাজগী চাবত্র য়েকপনি। নোংমা পানবা, নিনি পানবা হায়না থা অমগী থাবানশিংবু "থাজ" হায়বী চরিত্রগী পুন্সি তাঙ্কক অমমম ওইহনবনি অদুগা শৈবেংগী পন্দুপসু ওইহনবনি। লাইবিকসিদা কবিসিনা চাংয়েং কয়ামকম চখবি। অহানবদা শৈরেংসিদা চৈখে অমতা শীজিন্নদনা ষ্টেঞ্জা অমমমনা মপুং ফাবা ৱাহে পরেং অমা ওইহল্লি। অনিশুবদা পবেংগী অহৌবদা অমসুং অরোইবদা খোম্লোক মান্নবা মান্নদবা কয়া শীজিন্নদুনা চাংয়েং তৌবি। অহুমশুবদা মফম খবদা নত্তনা শৈরেংগী পবেং খুদিং ৱাহে অহুম্না শানবা হোৎনৈ। মবিশুবদা কবিগী অচৌবা চাংয়েং অমা তৌদুনা অহংবা খুদম (?) অসি ৯নি পানবা থাজগী পুন্সিগী তাঙ্ককতা মপুবোইবা লৈতবগী মতাংদা শৈরেংগী শৈরোল অমগুম শীজিন্নবি। করম্না লৈত্রিবনো হায়বদু অপাবশিংদা সস্পেন্স ওইনা পুনিংবনি। পাউখোং চনবনি। অদৃগা শৈবেংগী অবোইবদা সেবিঞ্জ অমদা অহংবা খুদমসি ফ্লাস তৌদুনা হাৎলি। মসি কবিনা সিম্বোলবু শৈবেংগী মেডিয়ম ওইবা যাত্রা হাযবদু চাংয়েং তৌবনি। মমাংগী অহংবা খুদমদুগী পাওখুমনি। চাংয়েংসিগী অয়া -য়াদা, অফ-ফত্ত খুন্নাইনা লেপ্লিগনি।

খৃষ্টিনা বোসেট্রিগী "গ্লোবিন মার্কেট" হাযবা শৈবেংনচিংবা খবদা শৈবেংদুমক্কী ইলুষ্ট্রেসন ওইনা লাই শিজিন্নবা থেংনৈ অদুগা তেম্বাই ভৈগ্যচন্দ্রগী সিম্বোলনা শৈবেংগী মেডিয়ম ওইবসি ঐহাক্না থেংনজবদদি অহানবনি।পুন্নমকসি লাইবিকসিদা অপাবশিংনা থেংনবীবগনি। অফ-ফত্ত নৈনবীবা খুন্নাইদা শিন্নজগে। ঐখোয়গীদি পাম্বী অমা হৌগৎলক্লে মদু ঈশিং চাইদুনা মখোঙ শোমদুনা পুখৎনবগী থৌদাং খজিক্তং লৌজবনি। লাইবিক অসি খুন্নাইগী য়াওলদা তিনশিনহল্লবি। মতুংদশু অফবা লাইবিক কয়া পুথোকপা ওন্বা মতমগী খোঙচৎনা পুবকসনু।

সনসম নবদ্বিপ

তাং ১১।৮।২০১১

*সেক্রেটরি,*

লমদিং

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ।

"মাংলেম ফম্বাক্তা অমের ওইরবা
পাংলেম-পান্থৌসিংগী মফমদা
কচচবা"

# অতিয়াদা শম্বল

## ৱাহৈ অমা'নিদং

নোংমা পানবদগী শৈহৌবগা থাশি নুমিত্তা শৈবোইবা শৈবেং কুম্লানা শাবা লাইবিকসি ইঙাও ঙাওনা পুক্লিংদা ফাওবকপা খবদং ময়েক ওইনা থনম্লীংদুনা ইজখিবা ঐগী অঙাওবা শৈবেংশিংনি। ঐগী "অতিয়াদা শম্বল" কৌবা শৈবেংগী লাইবিকসিনা ঙসিগী সমাজসিদা অবানবা লম্বিদা চৎখ্রগদবা নহাবোলসিংদা অচুম্বা মঙাল খজিক্তং ফংহনবা ঙম্লবদি লাইবিকসি পুথোকচবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি। শৈবেংশিংসি ইবদা খবদনা ৱাহৈগী হৌবা নত্রগা লোইবগী ময়েক মান্নহনবা অদুগা খবদনা ৱাহৈগী অফা-অপুন য়াওহন্দনা মান্নদবা মওংশিংদা ইজবনি। অদুবু কবম্বা মওংনা পাবদা হেন্না নুঙাইবা নত্রগা সাহিত্যদা চন্নবনো হায়বদুদি পাবীবিবশিংনা লেপ্লিগনি।

লাইবিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মমল নাইদ্রবা লৌশিং থৌনা হাপ্লীখিবা ওজা বাজেন, ওজা কাবতিক মাইবা, ইনাও দেবদাসগী শিংঙমদ্রবা লমল তোনশিঞ্জবে। লোইননা তাইপসেট্টিং তৌবীখিবা নাওবেম নন্দবী সিংহ, তেম্বা খোঙবাল অদুগা মনিপুব প্রেসগী ষ্টাপসিংনা লাইবিকসি মতম চানা পুথোক্লবা হোৎনবদা চাওনা তেংবাংবীবগীদমক্তা থাগৎচবি। লোয়ননা লাইবিকসি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চকী মিংদা ফোংজবা ফংজবসিমক লাইবক ফববনি।

অবোইবদা ঐগী অঙাওবা শম্বলগী লাইবিকসি কবিগুম্বা পৈয়া নাম্থোকপা য়াওবম্লবসু পাবীবীবা খুদিংনা শেমজিন শাজিনবীদুনা অবানবা পুম্নমকপু থৈদোকপীদুনা সাহিত্যগী লৈকোন্দা পুশিনবীয়ু॥০॥

অইবা

# হিরম লমায়


| | | |
|---|---|---|
| ১. | নুমিৎকী মচা থাজ | ১ |
| ২. | থাজনা নোংদোল কাখিবা | ৬ |
| ৩. | ইনখৎলক্লিবী থাজ | ১১ |
| ৪. | পোমশাৎনবী থাজ | ১৫ |
| ৫. | থার্জসিবু লৈশাবী ফাবববা | ১৯ |
| ৬. | থাজনা মৌগী সিংদা চনখিবা | ২২ |
| ৭. | থাজগী লুহোংবা | ২৬ |
| ৮. | থাজগী মচা মোবান্বী | ৩১ |
| ৯. | থাজগী মপুরোইবা নোঙ্গাবা | ৩৪ |
| ১০. | মোবান্বীগী খোঙচৎ | ৩৫ |
| ১১. | থাজবু পাউথোকপীনু | ৩৮ |
| ১২. | পুম্নমক্ নুংশিবগী | ৪১ |
| ১৩. | থাজগী মায়থোঙ | ৪৪ |
| ১৪. | হূগী মহাও | ৪৮ |
| ১৫. | চন্দ্রগ্রহণ | ৫৩ |
| ১৬. | নুংশি চৈনা | ৫৯ |
| ১৭. | মীচং কনবী থাজ | ৬২ |
| ১৮. | অহিং অমগী মংলান | ৬৫ |
| ১৯. | ঈশ্বরগী খুদোল "থম্মোয়" | ৭৩ |
| ২০. | নুংশি ৱাহৈ বিদায় | ৭৭ |
| ২১. | অচিকপা | ৮১ |
| ২২. | থবী ময়ূম শাবা | ৮৪ |
| ২৩. | থাজগী মফমদা | ৮৮ |
| ২৪. | থাজগী মীচৈ | ৯১ |
| ২৫. | দণ্ডি | ৯৫ |
| ২৬. | নিশাগী ঈপাক্তা প্রকৃতি | ৯৯ |
| ২৭. | থামন্বা অহিংদা প্রকৃতি | ১০৪ |
| ২৮. | থাজগী পাউজেল | ১০৮ |
| ২৯. | নুংশি পাউমেল | ১১২ |
| ৩০. | পোলোই | ১১৭ |

## নুমিৎকী মচা থাজ

(নোংমা পানবা)

ঙাঙনা লানা থোকপগী
মঙাঙ হায়না কৌই
লূনা ৱাংনা কাবগী
লূৱাং হায়না কৌই
খুনা মমনা তাখিবগী
খুমল হায়না কৌই

হে কোবৌহনবা ইবুঙ্গো
নুমিৎ কৌবা দেবতা
নোংচুপ চিঙগী চিঙখোঙদা
খূমল শকলোন লৌখিবগা
নঙগী তাইবং সংসাবসে
অমম্বা অহিংনা য়োংস্ত্রগনি

ষণ-ব্রহ্মণ নুগী অঙাং
সংসাবগী জীব পূম্নমক্
অকি পবৈনা পুনস্ত্রগনি
অহিং খুদিং তূম্নদবে
তাইবং পূম্বা ৱানবে
কোবৌ নঙবু ঙাইবদা

ঙসি কোবৌ নোঙদা
তাইবং জীব পূম্নমক্কা
কোৱৌ নঙগীদমক্কী হায়দুনা
হৈবাং পুঙদা থোক্লে
লৈবাং পুঙসু শেমলে
হৈবম্না চাম্মগা নিপালনি

লৈবমসু চান্মগা নিপালনি
অকৎ শেলসু য়াওজবে
সনাগী কোনযাই তবেৎ
লুপাগী কোনয়াই তবেৎ
তবেৎ তবেৎনা খুজিংনি
নঙগীদমক কচ্চবিবা প্রকৃতিনা

সনানা মবেপ তম
লুপানা মফেন তম
কোনয়াই নঙগী মমিংদি
লৈতেংবা লৈতেংবী কৌএ
হে কোবৌহনবা ইবুঙ্গো
কচ্চবে নঙগী খুয়াখাদা

ইবুঙ্গো নঙনা চঙদ্রিঙৈ
নয়ুম শঙ্গাই নুঙাইবদা
তাইবং জীবগীসু খনবীয়ু
তাইবংগী অন্নাবা কোকপীয়ু
অকি পবৈ চলহনবীনু
অহিংগী অমম্বা কোকপীয়ু

মঙাল মচেৎ অমতং
খাইবীবম্মু নঙগী থৌজালনা
হে খোয়ুম লাইওইবা
নুমিৎ কৌবা দেবতা
মপাল নাইদ্রবা নঙগী
থৌজাল মিৎয়েং থৌনিজবি

তাইবং জিব পূম্নমক্
খুবাক চাংজৌ তবালোন
কোংয়ান মাগী চৈশুনা
ফৈনা য়ুংনা তাবগুম্
লৈমায়থক্তা তাদুনা থৌনিজবা
নঙদি লোইনা উবনি

ইবুঙ্গো নঙদি ঈশ্ববনি
ননাইশিংদা থৌজাল পীবীবো
প্রকৃতিনা হায়জবসি য়াবীবো
য়েংহৈদ্রে তাইবংগী অৱাবা
তাহৈদ্রে নাৱাগী মীকপ্
নঙতনা ঙমগনি কোকপীবা

কবি পূকচেল কৌবগে
পাউখুম অমতসু পীবমদনা
মোমোন নোকপা মানবা
মায়থোং থম্বালনা হাইফেৎতং
মবৌ লৈবা মিৎয়েংনা
চিংনা অমুক্তং য়েংলম্লগা

নোংচুপ চিংগী চিংচেপতা
খুনা মম্লা তাখিবদি
কবি পাউখোঙ চম্লম্বনো
মিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা
পূজাগী ধ্যান তৌবীবা
নঙগী তাইবং জীবশিংনি

নওগী থৌজাল ঙাইজবিবা
তাইবং জীবশিংগী মফমদা
করি হায়না পাউদমগনি
প্রকৃতি ঐগী খোঙচৎ
প্রকৃতি ঐগী থৌরাং
অবেঙবা হায়বদু ওইবে

এ ! উরক্লিবসিবু মঙাল
মানি মঙালনি মঙাল
তাইবং জীব পুম্নমক
মিৎ অমুক্তা পাঙথোকপীয়ু
ইবুঙেঙা মাগী থৌজাল
তশেং অশেংনা পীবীবে

পিশক্ পিকপা মচা
শুপ্লগী মচা পিশক্
মঙাল মচা অমা
তইং তইংবা মঙাল
য়াম্না নুংশিবা শকফম
নুমিৎকী মচা মঙাল্

কোবৌ মাগী মযোমলোই
মীৎতা নুংশিবী মায়খোঙ
তাইবং পুম্বা শুমহৎলে
শুমহৎয়াই পুবী লাইবেম্বী
লাইগী মচা লাইম্না
উচান মৈবাবু ঙমজবীনি

নৈপাক প্রজা পুন্নমক্
পুক্লিং চঙনা তাবীয়ু
ঙসি থোক্লিবা মঙালসে
মমিং অমা থোল্লেসি
অথাগ্লদগী থোবকপা মঙালনি
থাবল হায়না কৌবসি

হয়েং মতম অমদা
ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসে
থায়না হায়না শৈহৌদুনা
ব্রাবী ওইনা নৈহৌবনি
মসিমক্তনা মবম ওইবগা
নুমিৎকী মচা মমোমলোই

মঙাল মচা ফজবীসে
থা হায়না কোলোইগে
ফজদবা ঙসিগী থাসে
অমম্বা মবক্ খায়না
পম্বৌ হৈনা তুংইন্না
নোংচুপ চিঙয়া তন্নকলে ।।০।।

## থাজনা নোংদোল কাখিবা
(নিনি পানবা)

ঙবাং পীশক পীকহৌবা
নুমিৎকী মচা থাজ
ঙসিদি কয়াদা চাউবন্নবা
হয়েংদি লৈশাবী ফাবনি
লাইগী মচানিনা মাদি

তইং তইংবী মায়থোংনি
শুমহৎ য়াইনা থল্লবা
ফজবা মাযথোঙনা মশক্নক্
তইং তইং তঙাংনা
চেঙলৌ হেনবী থাজনি

শোবাবেন অতিয়া মকোয়দা
লৈচিল নোংফাই মবক্তা
হবাও মোমোন নোক্তুনা
চেন্না চোংনা শান্নবে
মনিং তমজবী থাজনা

নোংমদোল অতিয়া থুংনা
তগুপ তবেঙ ঙাল্লিবা
থবাম্নিচাক লিশিং লিশিংগা
ফিবুল হাবী শান্নবদা
ধাবা মান্নে থাজসে

হনুবা হনুবী অনিগী
শুকী শুকথা মখোল
খৌনাওনা শুম্বল ওই
শ্ববনা শুক ওই
লৈনা সনাগী য়াংকোক্লী

তিকহৈ তিকহৈ তিকহৈ
শুক্কী শুকখোল তাম্বাদা
ফৌশু ঈশৈনা নাওশুম্লে
অহোইনদুম উইথরক্লে থাজসে
মশেক মণ্ডালগা লোয়ননা

হাদা ইপা শোবাবেল
কবি মতৌ কৌবগে
থাজ মাবু হন্দোক্লম
হনুবা হনুবী অনিগী
শুক্তোন চৈনা ফংবদা

থাজ মাবু তুংওইনা
কোবৌ অতিয়া পক্লা
অসুম অসুম ঋাংখীবদি
নচা থাজ লৈহৌবী
অকাও পবৈ চনববা

নতাও নুমিৎ নিংথৌনা
তাইবং শিন্থা লোইবগা
মমোম লাংলেন থাজবু
কদায় পীবো হংলবদি
কবি হায়না খুমগনি

ঙাইখো অমুক্তা লেপখো
হাদা ইপা শোবাবেল
ঋাংলেন মীৎকুপ অমতং
থাজ মাবু ঙাইবীয়ু
মীপাই চাওবী থাজনি

হাদ থাজ নিংথিবী
মাইথোঙ থন্নাল অথোইবী
খোন্নেন মীৎকপ খোক্নো
নপন পম্বৌ শোবাবেলশে
স্বর্গ পক্লা ব্রাংখবে

হনুবা হনুবী অনিগী
শুক্কী মতোন্দা তোংদুনা
নপন্ পম্বৌ শোবাবেলগী
দোলাই থক্তা কাখবো
স্বর্গ মাইকৈ পাংখবো

পম্বৌ মাগী মশাইগোন্দা
মনিঙ মখা তমজবী
মচা নিঙোল তবেৎকা
খোয়নৌ নতা শান্নদুনা
নুঙাই মথোয় কাব্দবো

অন্নাপুব নৈকোন্দা চঙদুনা
নৈবাং খুজোক হেক্লুনা
লাইধি লুবাক হাংদুনা
লাইধি লুহোংবী শান্নক
কৈথেল কাবী শান্নক

পুন্সি শিন্থা তন্নুবো
তাইবং মপোক অসিমগী
খোঙথাং তপ্না থাংঙু
শোবাবেলগী হূইজাও নৈবনি
হূইখৌ লাবা য়াফেংলক্কনি

শোবাবেনগী হূইজাও অমুবা
মশোং ব্রাংনা কাওদুনা
মমিৎনা নোংথাং কৃপ্তুনা
যোৎকদবগুম মালেম সংসাব

কিবনা লোইবে থাজসে
নখোয় কনা লৈবগে
হূইশে অমুক্তা খাম্বীযু
অকি পবৈ চনখবে
খীপাই চাউবী থাজনি

মশক মেনবী শকহেননী
হেনেই তবেং থেবক্কুনা
মমৈ পায়দুনা চিংশিনখ্রে
শোবাবেনগী হূইজাও অচৌবা
শাবং মনুংদা থমজিনখ্রে

থাজগী মমথোং উনগা
হেনেই তবেংনা ইকাইখৈ
মুকম মুকম শোন্নে
মশক যাম্না ফজৈ
তবেংমক্তা ইকাইবা মাযখোংনি

লাইথি লুবাক হাংখবে
কৈথেল কাবী শান্নে
লাইথি লুহোংবী শান্নে
মীবোন খোকপী লাইথিশিংগা
তবেংমক্তা লোয়ননা থাজ

ওম্থোকপগী মতৌনি খৎনবক্লে
তবেৎ চঙদুনা ফৃবীবে
মশম লাক্কুনা চিংবীবে
লাইধি লুবাক তুখিবগী
লাইধি মশম নাম্থোকখিবগী

মশম মনা ইফা-ফা
মিৎলু পীবাং ঈবাহৌ
পেবী পেবী থাজসে
নাইতোম পোকচবী থাজ
পম্থৌ মাযকৈ তম্খবে ।।০।।

# ইনখংলক্লিবী থাজ

(হৃম্নি পানবা)

তবা তবারবা কুচুদা থাজগী
তঙৌ তঙৌরবা অঙৌবা ইন্নফী
জুম জুম চোইজাইনববা শন্নাং
তথক তথক য়েংলক্পা মীৎয়েং
তফিং তফিং থাংলিবা খোঙথাঙ

ইফদা ফজে থাজগী মায়থোঙ
ইয়েংদা য়েংনিঙই থাজগী মতৌ
ইপক্তা পকচৈ তৌথোবকপা খুদিং
ইয়েংদা য়েংনৈ মীপুম খুদিংনা
ইঙক ঙকহল্লি অউবা খুদিং

লিশিং লিশিংনি অতিয়াদা থরাম্লিচাক
তৃমিন তৃমিন বাদি ঙাঙদা
মৃনা মৃনা থাজবু য়েঙলি
লোন্না লোন্না মবোল লোয়ে
তগুপ তগুপ লোম্লোক্তবা থরাম্লিচাকশিংনা

মুশি মুশি ঙাল্লিবা থরাম্লিচাকশিং
অশুম অশুম মম্নি শান্নক্লী
ফুদোক ফুদোকলক্লগা থাজগী মঙালনা
হেন্না হেন্না ঙাম্লোবক্লী থাজদি
অশুম অশুম থেংলক্লগা অহিংনা

ফম্না ফম্না দাবী মথক্তা
য়েংনা য়েংনা থাজ মাবু
লোন্না লোন্না কনা খঙহন্দা
তহ্ তহ্ বাখলনা লমুক্লবিঙে
লিবি লিবি হুন্নকখি মালংবনা

ইচিক চিক্লা লেনজরম্বা পুলি
ইহাঙ হাঙনা লৈজরবা থম্মোয়
ইঙাও ঙাওরে ইশা পুম্বা
ইতাউ তাউরে থবাক হকচাং
তপ্না তপ্না থম্মোয়দা ইহল্

মওন মওন পঙথব্দা থম্লি
থম্নু থম্নুবগা নুংশি নুঙোম্লি
উব' উবাগা খোয়বাঙ খোইশাওই
পুমহ্ হুম্রে পুম্নমক্কী থম্মোয
থক তথকপা থাজগী মতৌন'

লাব লিবি নুংশংকী শাফু
হ্য' ঙ'ই অমুবা শম্লাং
নোমন্দী নোমহৌ শম্লাঙগী ইপোম
ইফন' ফজববা মহৌশাগী মাইথোং
ইথেংদা থেংনীংবা মাগী শক্তম

ই য়' উবাগা হেন্না যেংনীংই
থম্নু থম্নুবগা হেন্না থনজীল্লকই
তমিন তৃমিন বাহং কয়া
মথং মথং মতোমতা হংজৈ
মবোল মবোল লোইবা নাইদে

ইঙাও ঙাওজবী থাজগী মতৌ
তথক তথক্পা মীংন্না অনি
তঙাং তঙাংবা নুংশিবা চীনবান
থক্তিক থক্তিক মপুং কারক্কিবা
হেন্না হেন্না যেংনীংবা শাবান

ইচম চমজবী থাজগী মচৎ
ইনৌদা নৌবা মাগী মায়থোং
ইতাদা তানীংবা মাগী ৱাঙাং
ইয়েংদা য়েংনীংবা মাগী মতৌ
পূমথোই থোইববা মাগী শকফম্

হেন্না হেন্না পংখন্দা খল্লি
লোন্না লোন্না কনা খঙহন্দা
অশুম অশুম থাজগী ৱাখল
ইখঙ খঙহৌদে কবম্বা মীৎকুপ্তগী
ইনুংদা নুংশিখিবনো থাজ মাবু

শুকফোং ফোংদোকখিদে ঐগী নুংশিবা
শুকহায় হায়দোকখিদে ঐগী ৱাখল
শুকহং হংখিদে থম্মোয়গী ৱাহং
শুকখঙ খঙহনখিদে ঐগী নুংশিবা
অশুম অশুম পাউখুম ঙাইবতনি

ঙসি ঙসি হয়েং হংচিং
নোংমা নোংমা মতমদি হৌখি
শুকলাক লাকখিদে নুংশি পাউখুম
শুকহং হংখিদ্রিবা ঐগী ৱাহংগী
ইঙাইদা ঙাইজবিবা থম্মোয়গী মপাউ

পূমকাউ কাউবে পুল্সি শিল্পা
পূমঙাও ঙাওবে থাজগী মঙান্দা
পূমঙক্ ঙকপা নুংশিবগী সংসাবনি
ইতাউ তাউবে নুংশি ঈপাক্তা
পূমশুম শুমথ্রে থাজগী ফজবনা

বায় বায় তাবা শন্নাংলক্তগী
চেপ্থ চেপ্থ য়েংলকপা মীৎয়েং
ইকাই ইকাই মীৎয়েংনা লৈথোকখি
চিংনা চিংনা লোন্না য়েংলন্নগা
ইফোং ফোংবা অবোনবা মীৎয়েং

লোন্না লোন্না মীৎতা তৌবে
তুমিন তুমিন পাউখোং চল্লে
হূবান হূবান চবাংনবা মীৎয়েং
তহা তহাবা যৌবনগী পুন্সি
তপ্না তপ্না মতমগী ঈচেলদা

হাথু হাথু নংহৌববোই মতাগুম
তনৌ তনৌনা নুংশি কৈথেন্দা
ইবেম লেম্না নুংশি লুকমায়দা
ইফদা ফজবে থাজ মাসু
ইঈং ঈংনা মফম কল্লবে ॥০॥

## পোমশাংনবী থাজ
(মবিনি পানবা)

থাজসে মশক ফজৈ
চেংলৌ হেনবী থাজনি
বাশিনা চবুন চবুন
নঙসু খঙগনি উবগা
শোয়দনা হায়গনি ফজৈ

হোবেন নুমিৎ তাখিবগা
থাজ মাসু থোবক্লনি
অঙৌবা ফিজেৎ লৈতেংনা
কয়াম ফজবগে হায়ববু
মঙাল থোকপমখৈ ফজৈদা

নঙসু হোবেন য়েংঙুনে
উবগা খঙগনি শোয়দনা
থম্মোয়দা শোয়দনা ফাওগনি
রাংপা কৌবা লৈত্রবী
ফজবা পূম্নমক্কী হৌবকফম্নি

তঙাং তঙাংবা কুচুনি
তঙৌ তঙৌববা ফিজেৎ
মীৎফম হোংবা ঙন্নবোইদা
শুমহৎ য়াইবু পুববী
পূম্নমকপু শুমহৎপা ঙন্নীনি

মশাগী মগুণ খঙদনা
মশাগী মগুণ উৎলিবী
থাজ মাগী ফজবা
অউবা খুদিংনা খঙগনি
থাজ মাবু উবগা

কোবৌ মানা চঙখিবগা
অমম্বনা উমত্ত্বগদবা সংসাব
থাজ মাতনা শিঙনবনি
অহিংবা মঙাল পীবীদুনা
মীচং মীখায নাইদবীনি

মীনোক হৈবী থাজগী
মোমোন মীনোক অমদা
সংসাবগী অৱাবা কাউর্বনি
মীশুম হৈবী থাজনি
মীশুম মীনোক নোল্লকনি

শিগদবা তাইবং সংসাবনি
থাজ মানা নোক্লিঙৈ
ঐখোয লোইনা নোকহৌসি
মাগী নুঙাইবা সংসাবদা
মালেম অসি তিনসনু

নপল পম্বৌ নুমিৎকী
নুংশা মৈশা খাঙবদা
মৈশা লাংলবা থম্মোর্যশিং
থাজগী ঈংলবা মঙাল্লনা
থম্মোয খুদিং ঈংহল্লনি

থাজ নঙগী শুমহৎখাই
থাজ নঙগী ফজবা
থাবগী লৈইবা নাইবোই
তাইবং জীব পুম্নমক্কী
থম্মোয পুম্নমক্কী মিতাফম্নী

মপুং ফাদ্রিবা নঙগী
মশেক নাইবা মায়থোং
অপোম্বা লৈবাংগা পান্থক্লী
খোইমু চাম্মা চাম্মানা
শাৎকায়বকপা ঙাইবিবা লৈবাংগুম

উনা লক্তা লোৎলিবী
পোমশাৎনবী লৈবাং মাধবী
নঙগী লৈনম লোৎঙমদবী
মুশিবা থাজগী মঙাল
তাইবংগী নুংশি মৈবানি

ঈী-যাই থন্না য়াওববা
থাজ নঙগী নঙাল
লোইখিনি খনবদা পাম্মুই
অহিং মতম লোইবক্লগা
তাংলৌ মানা থেঙলক্লগা

অহিং চাক্তাবী চেক্লাশিং
পাইবক্লনি শঙ্গু শঙ্গু
নঙগী নঙান্দা শান্নবনি
পুন্নমক্কী থম্মোয়বু খোইবাঙহল্লি
মবম খঙদা লোন্না

থম্মোয় হূবা লৈনম
হুমদুনা পুবক্লনি মালংবনা
লৈকাই থুংনা য়েল্লবনি
অহিংদা লোন্না শাৎচবী
থাবল্লে মাগী লৈনম

অহিংগী লৈবাং থাবল্লে
ননিঙ তম্না শাংহৌবো
তাইবং মঙান লাকত্রিঙৈ
থাজ মাগী মঙান্দা
ননিঙ নখা তমহৌবো

থাজগী মতাবোই থাবল্লে
নুংশি মকাদা থুংহৌবো
অপাম কাদা য়ৌহৌবো
তাইবং কনা উদ্রিঙৈ
অহিং অসিনা লোইদ্রিঙৈ

চিঙ পাং তুবেল
তৃমিন তৃমিন লোন্না
থাজ নঙবু যেংলি
অমম্বা অহিঙগী সংসাব
থাজ নঙগী কুম্মৈনি

লৈবাং লৈপুং ফাদ্রিবী
লৈকাগী লৈবাং পোমশাংনবী
খোইমু শউম ফংবদা
লৈনালক্তা তৃমিন লোংখিবগুম্
লোংখিগদ্রা থম্মোয়না মিপাইজৈ ।।০

## থাজসিবু লৈশাবী ফারবরা ?

(মঙানি পানবা)

মতৌসে ঙসিদী থাজগী
মহৌশাগা ইমান মান্নদে
মীৎয়েং মাগী তথকপী
মহৌশাগা মান্নদবা মীনোক্
মাগী লাঙতক্লবা মতৌদা
মতুং ইনসি ইন্‌ঙমদে

নঙগী চীনবান তঙাংবা
নঙগী মীনোক খোয়থুম্লবা
নঙগী নতৌ পকচবা
নঙগী মীৎয়েং অঙাওবা
নঙগী খোঙলোয়না অহিং
নঙগী ৱাঙাংদবা মীকৌ

খুৎলাম তোয়না কৌবকপগুম
খৌবাংলবা থম্মোয় কয়াবু
খুখৎ তোয়না কৌবকখি
খঙশিন্নদা শানা য়েঙলুবা
খাঙদুনা লৈবা ঙমদবে
খোয়থুন্লবা থাজগী মীনোক্তা

হঙনীংই ৱাহং কয়া
হঙজনীংবা থাজগী মফমদা
হঙ্গোয়বা লৈতনা মঙোন্দা
হায়নিঙবা ৱাহৈ কয়া
হায়দোক্‌পা ঙমদনা লৈহৌবে
হায়নিঙ হায়নিঙনা মফমদা

থম্মোয়গী ৱাসু ফোঙ্গুমদ
থাজগী মপাউসু তাজনীংই
থাজদবা লৈকোলগী লৈবাংনি
থম্মোয় খুদিং পোখাদ্রে
থাজ মাগী ৱাখলদা
থম্মোয লাইমল ওইহৌবে

নুংশি ইহুল ফাওবক্লে
নুংশি ঈপাক্তা কূন্নবে
নুংশি ৱাখলদা ঈবাক্লবে
নুংশি মঙলান মঙলুবা
নুংশি হাযনদি ফোঙ্গুমদে
নুংশিবী থাজগী মফমদা

হূনি নুংশিবদি মযাইকাবা
হূনি খঙনা থক্লবা
হূগী চৈনা ফাওবক্লে
হদুনা পুত্রে থম্মোয
হূবানবা হৈবী মানা
হূখিবক্লে মপূ তাক্লম্দনা

পূক্লিং মানদি খোযদাবে
পূকচেল মাগীদি খঙলুদে
পূন্সি খোঙলোই ওইনিংই
পূদুনা চৎনিঙই মাবু
পূন্নমক্কী মমাঙদা লেন্নদুনা
পুন্সিগী খোঙলোই ওইনা

থাজসিবু লৈশাবী ফাবববা
থম্মোয়গী ৱাসিবু ফোঙদোক্লসিবা
থাজগী চমজবী মতৌদা
থম্মোয়গী ৱাসু ফোঙ্ঙমদে
থম্মোয় খুদিংনদি হঙলি
থাজসিবু লৈশাবী ফাবববা ??

# থাজনা মৌগী শিঙদা চনখিবা

(তরুক্সি পানবা)

অহিং ময়ায় চন্দ্রিঙৈ
নোংঙাল্লমদাই মতম ওইগ্রিঙৈ
চবোয়না তেতু খোংগ্রিঙৈ
মবিংগী য়েনবানা খোংদমলক্ত্রিঙৈ
হূইখৌ লাবনা য়াফেংলক্ত্রিঙৈ

শিঙ্গারে কৌবী লৈবাংনা
লৈমাই থক্তা চোইজায়না
কেল্লক্রে মচোই মচোইনা
কবম্না য়েংগনি ইমিংশিনা
কবম খাঙগনি থম্মোয়না

লৈবাং নঙবু শকহেনবী
অহিং খক্তদা শাংচবী
লৈবাং থাবল্লে নুংশিবী
অহিং লৈনম য়েনজবী
লৈবাং নঙবু নীংথিবী

খোয়মু শাজং কীজবনা
অয়ুক নুংথিল লোংতুনা
অহিংদা ফুগাইনা শাংতুনা
লৈকাই লাল্লে লৈনম্না
থম্মোয় হবে নঙতনা

লৈবাংনা চোইজাইননা কেনখিবা
লৈখোক্লা কবম খাঙহৌবা
লোম্বোক্তবা থম্মোয়না কপহৌবা
লৈতে কনাসু থেম্বিনবা
লৈয়াং মাতনি কপচহৌবা

অহিংগী শাজং হৈনবা
অমম্বা মাঙনু পামজবা
চেক্লা শক্লোন পুবা
লৈরাং ইজং তেমশিংনবা
খোয়মু মচং নাইদবা

কবম হায়নবু খিবকপনো
কবি লমদগী পাইবক্পনো
কবম্বা মখলগী খোয়মুনো
কনাগী লমহেনবা খ্বাংজেংবনো
লৈবাংদা অৱাবা পীরবনো

নুংশি জাদু তৌবনু
লৈবাং মাবু ওৎলনু
নুংশি চাওবা শাবনু
লৈবাং থম্মোয় কাইহনগনু
থাজ মাবু বাহল্লনু

লৌনম চাওবা মচংনা
নুংশি শাবা ৱাহৈনা
লৈরাং থম্মোয় হদুনা
লৈমাই থক্তা চোইজাইনা
কেলাহনবিরে লৈরাংগী লৈনা

নৌনা লৈশাং অমজবী
লৈরাং লৈপুং কাদ্রিবী
লৈরাং নঙবু পোমশাংনবী
মপু লৈকোল য়ৌঙমদবী
লৈরাং লাইবক চাউবী

খোয়মু শরাক তম্‌খিবা
নুংশি চৈনা শীরম্বা
লৈবাং থম্মোয় কায়হৌবা
খোয়মু মানা পেনখিবা
মসিবু কৌববা নুংশিবা

নুংশি হৈতবা মচংনি
কবাম চাওবা শাজংনি
লৈবাংগী অৱাবা খণ্ডবীদবনি
খোয়মু মচং ফত্তবনি
চমজবী লৈবাংগী পুন্সিনি

অহিং মতম্ ঙনথেংনবা
লৈবাংনা লৈখা তাখিবা
অহিংগী ৱাবী অবোনবা
তাইবং কনাসু খণ্ডহৌদবা
লৈবাং মাতবা লমুক্রখিবা

মমিং নিশিং পানবা
তাইবং ফাওনা উবিবা
পাঙ্গল মপা লৈতবা
মপা শোবাবেল নুংশিবা
মমিং উইশিন্দুনা খাণ্ডখিবা

মথম্ খুদিং যৌরিবা
পুন্সি লৈনম পুবিবা
জীবনী খবাই ওইরিবা
মাজং নুংশিং শিকবা
মাইকৈ হোংনা শিংখিবা

মফম খুদিং য়ৌবিবা
খঙদা উদা লৈত্রবা
অমম্ অঙান খায়বিবা
নচা লাঙলেন কনবিবা
নথৌদাংনি পন্থৌ ওইবা

হুবানবনা হুখিদনবা শঙলিবা
হুবানবা লাক্কগসু ৱাবিবা
পন্থৌও নিঙোলবু পোক্লীবা
লৌবীবো ফিবেপ হেনফদ্রবা
নথৌদাংনি কৈন্যদান পীবীবা ॥০॥

# থাজগী লুহোংবা
(তবেৎনি পানবা)

যৌবনগী পুন্সিনা থোঙজিনদা
লেপ্লাইদ্রবা মতমগী ইচেলদা
খঙনা উনা খঙহৌদা
ঙবাংতা ওইববোই খল্লিদা
থাজনা নৈশাবী ফাখিবা

থম্মোয় য়াবা ফোঙগদবগী
নুংশি মপাউ তমগদবগী
পাখঙ ফান্দা ফম্লীংবগী
নুজা মাইথোং য়েঙনিংবগী
ঙাইনম্লে পাখঙ লিশিংনা

অঙক্পগী মতৌ হায়বদুনি
ঙসিসে লুহোংবা নুমিৎনি
থাজ মাগী লুহোংবনি
পাখঙ চাম্মাগী থম্মোয়নী
মচেৎ তানা কায়হৌবীবা

নিঙমদা মীৎয়েংগা লোয়ননা
য়েংনখি চিংনা চিংনা
থাজ মাবু লোন্না
মীৎলু পীবাং ঈহৌননা
বিদাইগী মীৎকুপ্লী য়ৌবক্লীবা

ফিঙৌ ফৌবে লুহোংফমদা
নিংথৌতা তুবেলগী তোবর্বান্দা
ফিব্দক পুবী পবেংদা
যাত্রা পুবীনা মাঙদা
ধলগী মখোলনা পুম্নিল্

থাজগী বব লেঙলক্লে
শামু থক্তা তোংলে
নোমহৌ নোমহৌ লাক্লে
কৈন্য য়ুমদা য়ৌবক্লে
হে চন্দ্রদেব অথোইবা

দ্যুতি মঙ্গোল ওকখবে
মন্দিব ময়াইদা ফমখবে
থাজগী ববসে ফজবে
য়েঙবগী পেনবা নাইদবে
থাজগী থবায়গী মপুনি

ববনাক্তা থাজসু ফম্লরে
ইকাইথিবী মায়থোংনি নিংথিবে
ফিজেৎ লৈতেংনা তাংজবে
মণিমুক্তানা কোক্তা ঙাল্লবে
কুচুনা শামুময়াবু ঙমজববী

ফজবী লাইবেম্বীগী শক্তমনি
তপ্না থাংলিবা খোঙথাঙনি
চিংনা য়েংলিবা মীৎয়েংনি
পূংগী পূংখোন তানথানি
কাঙাগী খোঙথাংনি নোমহৌনবা

নিংথিববী পিশুম অনিনি
কামদেব লিকাংগী মশক্তি
লাইবক্তা থিল্লীবা চন্দন্নি
ব্রহ্মাস্ত্র তেনগী তেনজৈনি
শজী মীৎতাবু ঙমজরবী

মীৎম্না থম্বাল অনিনি
লীকাংগী লিবী ওইবীবনি
নওগী লাইবক্কী সিন্দুবনি
ব্রহ্মাস্ত্র তেনগী তেনজীলনি
পোমশাৎনবী থম্বালগুম নিংথিবী

লিবি তেঙ্গা খোংখবে
নওগী তেনকাপ তেনচুন্নবে
তাইবং কনাসু হেন্দোকখিদবে
নাম্বোকপা ওমদনা পানখবে
নওগী কাযগী বাগদা

থবাম্মিচাক লিশিং লিশিংনি
তগুপ তবেগু থবাম্মিচাকশিংনি
তথক্ তথক্ অতিয়াদনি
ঈথক্ ঈপোম হৌবীবনি
থাজগী লুহোংবা য়েংগদবগী

মশক নাইনা শৈথানবী
ফাইবোক ওইনা পোকখিবী
থবাম্মিচাক অপক্তা কৌবী
তুংদা লোৎকদবগী ইন্নবিবী
ইকাই থিবী হৌনশা

থবাম্মিচাক চয়োল তবেৎনা
খুবাক লাইখল শাদুনা
য়েংলক্লে লৈনা লৈনা
মথৌ চিনবী শাদুনা
য়েংদ শানা মীৎলাওবী

ধ্রুবতবা ব্রাশক ঙাক্লিবা
মদোম তূমিন্ লেপহৌবা
হোয় মাই হায়ঙমদ্রবা
মীচৈদা থাজগী অকনবা
নুঙগী মূর্ত্তি ওইহৌবে

নুংশি যাবা ফোংজবম্বা
ধূমকেতু মখৌ চিনজবা
নুংশি পাউখুম ঙাইবম্‌দবা
তাইবং শিম্বা পাঙলুবা
মঙগা চপ মান্নপ্তে

তাইনফম খঙদনা ব্রাহৌবে
থাজ মশুংলাংগী কপচবে
লোন্না শীবাং তৈথোকচবে
পোক্রফম লমদম তুংওইনখবে
থাদোক্নুনা চৎখ্রে ধূমকেতু

লোন্না বীদায় শীবম্বা
তাইবং কনাবু খঙহন্দবা
মীৎলু শীবাং শীবোইনবা
থাজগী মাইথোঙ য়েঙনবা
কুমওন নাইনা হল্লকখিনি

অফবা ওইহৌবসনু য়াবে
হায়নীঙাই লৈত্রে লোইবে
পূন্নমক্ ঙম্মা হৌখবে
হৌজীক্তী খোমজীন্দুনা পুবে
কায়ববা থম্মোযগী মচেৎশিং

লাইয়াম সভানা য়াবীরে
য়াইফ মঙ্গোল পীবীরে
বর কৈন্যবু থৌজানবীবে
পুন্সি নুংশাং পীনবীরে
চাদা নাওদা ফংজনবা

মমিৎ লিশিং পাল্লবা
শোবাবেল থৌজাল হৈবা
মিৎলু পীবাং ঈহৌনবা
থাজবু চেৎনা কোনবীবা
য়াইফ মঙ্গোল পীবীবে

ঈশ্বরগী মশক ওইবা
মপুবোইবগী তুংইন ওমজবা
ইকাই খোঙথাংনি নিংথিজবা
বব কৈন্যগী ফজবা
শামু চাজেন্না তমজনিঙাইনি

নিঙোল পুন্সি খোঙচৎনি
থিগুমদ্রবা মতমগী ঈচেলনি
কাইনবা থুংনবা অনি
মিৎলু পীবাং পিবোইনবনি
অবোনবা থম্মোয়গী পোলোইবা ??০??

## থাজগী মচা মোরাম্বী
(নিশান্নি শানবা)

মতম কৌবী লাইবেম্বী
নওগী খুদোল লোয়নাইদবী
ফজবীগী মচা ফজবী
থাজগী মচা মোবাম্বী

ঈরূ শাদেংবা লোইদুনা
মযোম শেগা পায়দুনা
তিং তিং চোংদুনা
শান্নজরে নোক্লা নোক্লা

তিং তিং চাওবো
নুমিৎনা কাবিঙৈ কাহৌবো
থানা ৱাংলিঙৈ ৱাংহৌবো
থবীনা ইল্লিঙৈ ইলহৌবো

চাওবো শাংঙো ৱাংলো
পম্বৌ শারেপ তমলো
পল্লেম হৈনা তুংইল্লো
তবগতিং তিং চাওবো

মযোম মায়থোং য়েংদুনা
পম্বৌ শকমান তমদুনা
হৱাও মোমোন নোক্কুনা
শান্নজরে হৱাও মিনোক্লা

চেপথ চেপথ য়েংদুনা
হঞ্জিন হঞ্জিন কোন্দুনা
চাদৌমখে নুংশি হায়দুনা
কৌনবিবনি মচা হায়না

মচানা চেপ্পদা মমাসু
মচানা নোকপদা মমাসু
মচাগী মতৌদা মমাসু
তূমিন্না লৈহৌদে মমাসু

নোং ঙানখিবসু খঙহৌদে
নুমিৎ তাখিবসু উহৌদে
তাইবঙ কনাগীসু ৱারুদে
মতম্না হৌখিবসু খল্লুদে

মমোম মায়থোঙ য়েঙদুনা
হবাও মীনোক তমদুনা
তাইবঙ মঙলান মঙদুনা
মচাগী ময়ানা কুপ্পুনা

অৱা অনা কাউখবে
নুংঙাই মবাং কায়বে
য়াইফ মহে য়ানখবে
নুংঙাইবা সংসাব ওইবে

থাজ মাসু ফজৈ
মচা মোবাম্বীসু ফজৈ
পম্ব্রৌ মপানা য়েংজৈ
থম্মোয় মানা পেনজৈ

তবা চাক চাসি
তাইবঙ চিঙ্গাক চিন্দমসি
তাইবঙ শিম্বা শিন্দমসি
কুক্-কুক্ ঈশিং থকসি



খুতুম শিংনা লাকখিবা
পম্বৌ লমন শিংনবা
পলেমগী সেবা তৌনবা
তাইবং শিন্থা পাঙনবা

পলেম হৈনা তুংইন্না
পম্বৌ মায়কৈ য়েংদুনা
ফমশিং ফমশিং চৎতুনা
নাম্বা শিন্থা থিদুনা

খূৎশা তবানা মালেমদা
খূউ অনিনা তুঙদা
নোম্মা নোম্মা লৈমায়দা
শামু মচাগী খোঙথাংদা

মচা মোবাম্বী হৈনা
খোঙ য়েৎ হৈনা
খোঙ ওই হৈনা
তপ্পা তপ্পা হৈনা

[illegible]জগী মচা চাউবগে
[illegible]
[illegible]
[illegible]

[illegible]
[illegible] কমুগী [illegible]
নিঙাই তৌবগী [illegible]
লৈবমগনি অমাদি মবম্ ॥০॥

## মোরাম্বীগী খোঙচং
(তরানি পানবা)

লাইগী মপোক্তা ওনম্রবী
লাইরৈপাক ওংবী থাজগী
লাইগী মচা মোরাম্বী
লংলবা মঙ্গল গ্রহনি
লাইগী মচা অথোইবা

পম্বৌ লমন শিংহৌদা
পলেম মমা নিঙজবী
পলেম সেবা পামজবী
পলেমগী থৌজাল ফংঙমদা
পাপকী মপোক ওইরে

খোঙচং কায়বা য়াদ্রবী
খোঙথাং কৃপ্না থাংলিবী
খোঙদোইরক্লিবা থাজ মাগী
খোঙকাপ তুংইন তমদুনা
খোঙদোইরক্লে মমোম মোরাম্বী

পম্বৌ মোংফম তুংওইনা
পলেম হৈনা তুংইন্না
পাঙদ্রবা খোঙথাংনা তহানা
পলেম তুংইন তন্নকপা
পলেম নাক্তা য়ৌঙমদে

লাপ্না নক্লা ইন্নরকপনি
লান্না লান্না ফংঙমদে
লাল্লক্লে চীঙলোন মাপল
লংখোক্লন্নে লৈচিলগী মপৈশিং
লমথুংলুনবা পলেম নাক্তা

মথৌ চিনবী থাজনা
মপল পঙ্খৌ শজায়দগী
মাব খোঙ্গুল লীবক্পা
মচা মোবাম্বী ঙাইঙমদে
মচা মোবাম্বী পোঙমদে

মথা থা থাবুংতোন
মচা মোরাম্বী মপোবীগে
মপোবী শনম নম্বীগে
মহেবোং চরোং অমতা
মথাদবীবকউ হাদা থাবুংতোন

মচা মোবাম্বীগী মতৌদা
মথম্মোয় পেন্না রেংজবী
মাগী থাজ হায়বীসে
মমোম মোবাম্বীবু তুংওইনা
মথৌ শিঙ্থা পাঙলিবনি

নোংমদোল থক্কী থাজনা
নোংদুম মপৈ খায়না
নোমহৌননা তৃমিন চংখিবা
[illegible] ঊবিক [illegible]
[illegible]

[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible] গা [illegible]য়নন মোবাম্বী
আশাওনি পলেম'নাত্তা থুংঙমদে



পম্প্রৌ মাবু তুংওইনা
পলেম তুংইন তন্নকখিবা
পাবী খোবিফাবা নুংশিবা
পলেম তস্ফা'নাক্তা থুংঙমদে
পল্লোন্নি নুমিৎ মঙানগী

তবা চয়োম পুদুনা
তবা শিল্লঙবা চৎখিবা
তবেৎ শেনজা তাল্লুবা
তান্না তান্না কোন্নদে
তাল্লুই হায়বতা মঙাই

তাঙলবা মপোক অসিদা
তাইবং থৌনা চিনবনে
তাইবং চিম্থোক্লা য়াম্বনে
তাইবং মপোক্লী চেনফদ্রবা
তাইবং পুন্সি লানফম্নি

পোক্লকপদা য়াওবকখিবা খুদোলনি
পিথোকখিবা য়াবোই কনাদসু
পুদুনা লাকখিবনি কূ
পোৎথাং পুবিবা পুন্সিনা
পুদুনা চৎকনি অবোইবদা ।

"ঐসু লাক্কে ইমা-ও
নোং চুই লাক্কনু
য়েম্পাক্ তূপ্পুনা মবাক্কে
লম্বি নাম্লি লাক্কনু
চৈসু সুদুনা মবাক্কে" ॥০॥

## থাজবু পাউথোকপীনু

(তবামাথোইনি পানবা)

থাজবু পামজবা নখোয়না
থাজবু নুংশি হায়য়ু
থাজবু পামজৈ হায়য়ু
থাজ মশা খওদনা
থাজ মাবুদি পাউথোকপীনু

থাজসে লাইবক্ থীববীনি
থাজসে লুপ্তাবীনি খওদবরা
থাজগী অব্রাবা খওবীয়ু
থাজগী অব্রাবা উরগা
থাজ মাবু য়েংঙমদে

হিক্রা হিক্রা কপ্লিবা
হিক হিক লাউনা
হকচাংগা দেহগা কায়নবগুম
হাদ থাজ লাইবকচাউবী
হিক্রা হিক্রা কপ্পগনু

নশাবী থংলেন মাঞ্জনা
নমোম মোবাম্বিবু থাদোক্লম্বদি
নঙগী তাইবং খোঙচৎনি
নঙগীদমক্ বিধীনা তমগ্রবনি
নঙগী লাইবক্তা য়েকশ্রবনি

নিঙমদা মৈচাক পুদুনা
নীংশিং নীংশিং হৌখিব্রা
নিঙাই তৌনা কপ্পগনু
নিঙমহৌদ্র পুক্নিগী থৌদোকশিং
নীংশিংলুবনু অমুক নৌহৌনা

নঙবু পামজবা কনা
নঙগী আমেবিকা ৰুশিয়ানা
নঙবু মখোয়গীনি হায়বেনে
নঙবু মখোয়না পাউথোকপীবে
নঙবু বদনাম তৌবীবে

নঙবু শেঙনা নুংশিজবা
নঙবু তশেংনা শেন্নজবকপা
নঙগা য়েলহৌঙেদগী লোয়নবকপা
নঙগী প্রকৃতি লৈরীঙে
নঙগী অৱাবা য়েংঙগ্লোই

শেনজাও পায়বা আমেবিকা
শেনয়াম লৈবা ৰুশিয়া
শেন্নবীবনি নঙবু তুমিন্না
শেংদবা নুংশিংনি শিংলিবসে
শেংলবা নঙবু ফানবা

শেগায়বখিনি লৈবাং লৈকা
শেগায়দুনা লংথোক্লখিনি লৈনাসিং
শেগায়দুনা থিবখিনি অমৃতা
শেংতুনা থক্লখিনি লৈহি
শাহিং চাবা মরমচংনি

সম্লকনু নঙ মখোয়গা
সাশিন্নবা নুংশি ৱাহৈনি
সাংলবা পুক্সি লম্বিদা
সনাগী য়োম্লিং পোলাং
সনাগী পাত্রা হূগীনি

পামমুনু খুৎশেমগী ফজবা
পাপ চেল্লবা মপোক্লি
পাপকী লম্বীদা চৎখিনু
পুকফবী শাদুনা নওনা
প্রকৃতিবু তুংওইননা থনম্নগা

কলক চাউবা তাইবংনি
কায়নখিবতা ঙায়বি নশাবী
করিগী মোইবাংখিজন ইন্নফি
কবিগী ফিগে ফনেক
কৈবোই লৈকাই মমাঙসিদা

পোথাবা ঙমদে থম্মোয
পুন্সিসে ময়ানি কাউই
পুন্দুনা পুবী ঐবুসু
পাল্লবা ঈপাক অমদা
পাপকী মপোক্তা পোল্লুবনা

বাখলগী মঙলান্দা তাওদুনা
বাখলগী ঈপাক্তা লুপ্তুনা
বাখল ঐনা লমুক্লবিঙে
বাংনা কাখিবস্নে থাজদি
বাখল ঐতনা বাহৌই ॥০॥

## পুন্নমক নুংশিবগী
(তবানিথোইনি পানবা)

মপাং কায়নববী থাজনি
নাইতোম তাহৌববা পুন্সিনি
তাইবঙ কনাসু খঙদবনি
চৎখিবদু মদোম তুমিন্ননি
প্রকৃতি ঐতনা উহৌবনি

নিংথিবা ফিগেনা খোয়খাদা
চুনিনা হাইফেৎতং মায়দা
চিংনা য়েংলমখি কনাদা
কবি পাউখোঙনো খঙদেদা
ঘাজহৌই প্রকৃতিগী থম্মোয়দা

থাজ মাসু চৎখবে
থম্মোয় মাসু তুংইনখবে
লৈচিলনা থিংলে লৈহৌবে
পূক্লিং আশা লমুক্লবে
পূক্লিং ঈহুল ঈঙাওবে

অহিংগী অচিকপা থাবলনা
চৎস্রে থম্মোয়বু হূদুনা
পুবিস্রে মফম খঙদনা
হামচৎনহৌবে হকচাং পোলাংনা
হায়ফম খঙদা ককঙাওননা

থাজগী মায়খোঙ তথক্লবী
নঙগী মঙালনা তইংবী
খল্লুবগা হেন্না কাউঙমদবী
কবিগী খল্লুবনো হায়ঙমদবী
থম্মোয় মরাঙ হৌহনবী

চৈনাসে নঙনা পীবীবনি
ৱাখলসে নঙনা খলহনবনি
নতৌসু নঙনা উৎপনি
নঙগী মায়ানা পুনখিবনি
পুম্নমকী পম্নুংফমসু নঙোন্দনি

কদোমদনো ঐনা চৎকদবা
কদায়দনো ঐনা থুংগদবা
ইশানা ইশাবু কাউজবা
হায়ফম তৌফম খঙদবা
ঐসে ওইরে অঙাওবা

কদোমদগীনো ফাওবক্লিবা ৱাখল
ফাওমদ্রবা পুক্লিংগী ইথিল
থিংওমদ্‌না হৌবক্লীবা ঈচেল
লোইনাইদ্রবা ঈচেলগী তোবর্বাল
পুক্লিংবু ৱাহল্লিবা পল্

থাজগী ৱাজবা মতৌদা
হেন্না খল্লুবদগী ৱাখলদা
নুংশিদুনতা লৈরি থম্মোয়দা
ময়েক শেংলক্লি পুক্লিংদা
থাজগী মূর্তি থম্মোয়নুংদা

ইচম চম্না খনজবন্নবা
ইচম চম্না নুংশিজবন্নবা
ঙসিসু নুংশিবনি নুংশিবা
পাপলা পুণ্যবা খঙদবা
মহৌশাগা মান্নদবা নুংশিবা

মমায় লিশিং পাল্লবা
শাইওল লিশিং ওল্লিবা
পুল্সি কুশ্মৈ শান্নরিবা
নুংশি ঈপাক লোইনাইদবা
তাইবংগী মপু ওইরিবা

নুংশিবা কৌবা লংলানা
তাইবঙ জীব কনা
চিথবন্না লৈতে লোয়না
পবেং ওইনা লেংদুনা
পুল্লিবনি নুংশি থৌবীসিনা

থোক্লীবা লালসু নুংশিবগী
শান্তিগী পাউজেলসু নুংশিবগী
অশাউবসু ৱাবৌবসু নুংশিবগী
পুন্নমক্কী হৌবকফম নুংশিবদগী
প্রকৃতিসু হিংলি নুংশিবগী ॥০॥

**থাজগী মায়থোঙ**

(তবাহ্মদোইনি পানবা)

ঙসিগী অচিকপা অহিংসে
মপুং ফাববা থাবলসে
লোকশিন্দুনা থন্নবনি থম্মোয়দা
তাইবঙ কনাবু শোকহন্দা

কবয়া অসুক ফজবন্নিবা
কনা লাইনবু শাইগুনবা
মপুঙ ফানা সুমহৎলে
থম্মোয়দা লেঙদনা থমজিল্লে

পঞ্চম শুববু ঙমজবা
থাজগী খোঞ্জেলনি খোয়থুম্নবা
মিংকুপ খুদিঙ তাবে
নঙনা কৌবকপগুম নৈঙমদবে

ইনোং কানা ফজববা
নঙগী শক্তম্নী কাউঙমদবা
কোক্রবা মচুনা য়েকলে
থম্মোয়দা হকুনা থমলে

লেঙপাক্ য়ৈবিবা শন্নাং
মায়থোংবু য়েংনীংহল্লিবা লুতুং
য়েংবগী শেনবা নাইদে
অদুনা  কাউবসু ঙমদে

নঙগী মায়থোং থন্বাল
নঙগী মায়থোংগী মঙাল
থম্মোয় থুংনা ঙাল্লরে
থম্মোয় মৈচাক হাপ্লবে

চিংশিনবগী শক্তি য়াওববা
থাজগী মিনোক্কী শুমহৎলিবা
চিংদুনা পুবীখ্রে লৈহৌদবে
লেমহৌবীবসে হকচাংদা মঙাইবে

মীসুম হৈবী মীনোক্কী
থম্মোয় হূবা ৱাঙাংনী
সুমদুনা থম্বীবন্নে প্রকৃতিবু
হূন্দোকপীবন্নে অপঙবা ঐবু

নঙনা কৌবকপগী থোবকপনি
নহাক্লা য়াবিবগী চৎমিন্নবনি
অদুগা কবিগী হূন্দোক্লম্বনো
কবিগী তূমিন্না চৎখিবনো

অযেকপা মূর্তিদগীসু হেল্লবা
নঙগী শক্তম্নী নিংথিবা
ঐগী থম্মোয়গী মূর্তিনি
ঐগী থবাযগী মপুনি

লাইংক্তা নম্লীবা শিন্দুব
মায়াংগাংদা তাংহন্নিদা শিন্দুব
[illegible]

নোংপোকথোক্লিবা নঙগী চিনবান
য়েংজবিবনি নঙবু পেন্না
থম্মোয়বু পেনহন্নবা ইমিৎসিনা

থম্মোয় মপাউ পুরিবা
পৃক্লিংগী অপাম্বা কোঙলিবা
    চিনবালগী মপাউ ঙাইজে
    পৃক্লিং ঐতনা বাজে

নঙগী শক্তম উরুবগা
নঙগী য়াবা তারুরগা
    খোয়রাংই খাঙবা ঙমদরে
    মিংকুপ খুদিং পোত্থাদবে

নৈহি চেল্লে মায়থোঙদো
ঙমহংয়াইনা থল্লে শকফমদো
    অদুননি পূম্নমক্কা ঙাওনরিবসে
    নৈফম চাফম খঙনদ্রিবসে

ফজবদো য়াম্মা ফজমনগ্রে
মায়থোংদো হেন্না নিঙথিমনগ্রে
    সংসারসে লোইনা ঙাওরবনি
    নঙনা খঙদ্রবগী বানি

অবাংবা নৈকোন্দা শাংলম্লে
বাংমন্দুনা লাম্বা ফঙদবে
    তাকসি শোন্দুনা য়েংনবে
    থম্মোয় খুদিংনা মিতাবে

প্রকৃতিনদি নঙবু পম্মুজে
মীংকুপ খুদিং শেন্নজে
    তাইবঙ কনাবু খঙহন্দে
    নহাক্কুসু মসিবু খঙবীদে

অহিংগী অচিকপা থাবলগা
লোয়োক্তবা ঐগী থম্মোয়গা
  কবি মরি থোক্লবনো
  করিগী অসুক্ খোয়রাংবনো

মীগী মপোৎ হূরানবা
অচৌবা পাপনি লেঙদ্রবা
  নঙবু পাপ চেন্দবীবা
  ঐগী থম্মোয় হূদববা ৭৭০৭?

## হূগী মহাও
(তরামরিনি পানবা)

নওগী ননিঙ তম্বসিনা
    নহাক্কী তৌঙম্বী নতৌনি
নওগী মায়াগী শায়োননা
    ঐবু হায়কম খওহন্দবনি

ননিঙ নখা তম্বনা
    নওদি তৌঙম্বী থৌবাংবীনি
মথোই কাববা সুমহৎযাইনা
    সংসাবগী খূর্জি পাযরীবীনি

নওগী অহানবা মীনোক্লা
    অমৃতগী লোইনাইদ্রবা ঈপাক্লী
অনিসুবা নওগী মীনোক্লা
    মালেম সংসাব খোল্লীবীনি

অহুমসুবা নওগী মীনৌক্লা
    মায়াগী মশক ওইবনি
মশীং থীঙমদ্রবা মীনোক্লা
    হূ চেল্লবা অমৃতনি

নওগী মিংয়েং অমনা
    [illegible]
    [illegible]

[illegible]
    নোক্লা নোক্লা কপহনবনি
শিবনি খওনা কাউহনবনা
    হিংনা হিংনা শিহল্লিবনি

হূগীসু মহাও লৈবম্লনা
　হূনি খঙনা যৌবাংবনি
হূগী চৈনা খঙলুবনা
　কাউওমদ্রবা নুংশিবগী হূনি

ঈংনা চিক্লা তুমিন্না
　মালেমদা হিংজবা প্রকৃতিনি
থাবলনা ফিঙৌ ফৌখিবনা
　নঙগী নঙালদগী হেনঙমদবনি

ভৈববীগী শক্তম লৌদুনা
　নবৈনা লম তবানিপান্নি
শুমহৎপা নঙগী মীৎয়েংনা
　মৈবী থোক্তনা চাক্লীবনি

থম্মোয়দা লেপত্রবা প্রকৃতিনা
　থাজগী ধমকি কীদ্রবনি
অকিবা শক্তম উৎপদুনা
　ঐবু ননাক্তা চিংশিল্লিবনি

নঙগী নফমদা মায়থিববনা
　নঙগী লানফা ওইববনি
নঙগী নখূৎ চল্লবনা
　চেনবা ঙমদ্রবা প্রকৃতিনি

নঙগী কল্লবা হূনা
　পঙথববা ঐগী হকচাংনি
থক্লো নবুক থন্না
　ঐগী অঙাংবা ঈনি

ফাওররোই কবিমতা চৈনা
    মপুং ফানা পণ্ডথববা ঐনি
নঙবু নুংশিবগী হূনা
    ইশা পূম্বা কুপম্লবনি

অয়ো নাহে চন্‌বনা
    চৈনা খাঙবা মতৌনি
খাঙলগে লোইনাইদ্রবা চৈনা
    নঙবু নুংশিকবগী হূনি

নুংশিবগী মৈনা চাক্লুনা
    তাঙ্গোই ওল্লবা পুন্সিনি
নঙগীদমক্ কৎথোক্লবা পুন্সিনা
    কবি অমুক পাম্মূব্বখিনি

থৱাযসে পাম্মুবা লৈতনা
    নঙগী নফমদা পীববনি
তিল্লসনু হকচাং পোলাংনা
    নঙগী মালেম লৈশানি

নহাকপু নুংশিবগী হূনা
    ইশা অসি থূমম্লবনি
অমৃতনি খন্না থক্লুবনা
    মায়দা অমুবা কালিনি

মকা ফন্না শাৎপনা
    লৈবাং মাগী মহৌশানি
থম্মোয় পূক্রিং ৱাবনা
    মালি মাগী মখৌনি

নুংশি নতৌ য়েঙদুনা
ঙসি হয়েংগী খন্দবনি
নঙতবু লাইনীং ওইজবনা
মসিনা ঐগী ইথৌনি

ঐগী বাহে অমনা
নঙবু নুংশি খঙহন্‌খিবনি
ঐগী শাজৎ অমনা
নঙবু নিঙজৈ উৎখিবনি

নঙগী নুংশিবা মায়থোংনা
ঐবু পোত্থাবা ঙমহন্দবনি
নঙগী নতৌ অমনা
থম্মোয়দা চৈনা ফাওবিবনি

ঐবু বাহনবীবনু নঙনা
ঐসে নঙগী ভিক্ষাবীনি
নঙবু খঙই ঐনা
নঙসে সত্যপতিগী মচানি

নঙগী সতী ধর্ম্মনা
থম্মোয় চাম্মদা দাননি
পেলহন্বীয়ু ঐবুসু নঙনা
নঙগীদি লোইন'ইদ্রবা অমৃতনি

লৈবাং লৈহি বাত্তবনা
খোইমু খুদিংনা কাইদোংবনি
ময়াই কাবা নতৌনা
খোইমু মশীং বাত্তবনি

ফিজং তবেংকী মরুমদা
খোইমু তরেংকী থুংফমনি
নঙগী খোঙথাং তরেংনা
মচু তরেং ওনখিবনি

চংখিবনি নঙনা খঙহন্দনা
ঐনা ফোংনা উহৌবনি
চোইজাইননা কেনখিবদো লৈনানা
প্রকৃতি ঐগী লৈমায়দনি

ইম্বোকপিনু ঐবু তোখাইনা
নঙগী প্রেমদা ঙাওজবনি
পুজখিসনু পুন্নমক্ অপাম্বশিংনা
পামজবিবসে নঙগী থম্মোয়দুতনি ॥৩॥

## চন্দ্রগ্রহণ
(পুর্ণিমা)

ঙসিদি থাজগী  মাযথোংসে
মহৌশাগা মান্নদে যেংঙুনেসে
মপুং ফাববা থাবলসে
উকবগা লাংতক্লে পূক্লিংসে
কবম্মা পোথাগনি অহিংসে

নঙবু উনীংদুনা ঙাইজবা
তুম্ফম  চাফম খঙদবা
উকবগনা তৌফম খঙদবা
হাযফম খঙদনা ব্রাজবা
নঙগী নতৌ খঙশিন্নদবা

কাউবগে খল্লুবনা নীংশিংহল্লি
নীংশিংলবোই নীঙলুবনা নৌহৌনহল্লি
লাপথোক্লগে খল্লুবনা নকসিলহল্লি
যেংলবোই খল্লুবনা ব্রাহল্লি
উকবগনা হেন্না খোযবাংহল্লি

খল্লুবা লৈতনা নিঙশিঙই
কৌবকপা যাওদনা চৎনিঙই
হংলকপা  লৈত্রবসু খুমনিঙই
যেংহন্নিংদ্রবা মাযথোং যেংনিঙই
মিৎকুপ খুদিং খোযবাঙই

নুমিৎ খুদিংগী অহেনবা
নঙগী মাযথোং ফজবা
হেন্না মপুং ফাববা
নঙগী শক্তম অথোইবা
পুর্ণিমাগী থাবল অঙাওবা

নঙনা প্রকৃতিবু ঙাওহল্লে
মপুং ফানা সুমলে
মায়কৈ খঙদা চৎলে
নঙনা লৈচিল্লক্তা লোংলে
ঐনা ঈবোলনুংদা লুপলে

নঙনা শাগেগী মৌনি
ঐনা তমবা পাখঙনি
খেন্নদে ঐঙোন্দনি অমতনি
অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবনি
হোংদোক্পা য়াবোই অবেপ্পনি

ঐগী থম্মোয় ৱাহল্লনু
ঐবু অমুক ওৎলনু
খনজানবা নতৌ উৎলনু
নাথৈদুনা চৎকে খনগনু
নঙগীদমক হিংলিবনি কাউগনু

নঙগী ফজবা মায়থোঙদা
ঙাওজবিবা ঐগী ইতৌদা
ঙকচান্নবিবা নঙগী নফমদা
কবিবু হায়বগা নঙোন্দা
কবম্না পেল্হল্লিগে খঙদেদা

নঙাদ চৎলি নিঙায়দনা
মোমোন্নবা মায়থোঙ পুদুনা
নঙগী নতুংদা ঐনা
আশাগী মকম থৃপ্পুনা
মীনোক অমতং য়েঙনিংদুনা

ঙসি কোবৌ য়াইফবা
নুমিৎকী মঙালনসু শোক্রবা
অমম্বা অহিংনসু উমখিদ্রবা
কয়াদা মপুং ফাববা
মায়থোঙ থম্বাল অথোইবা

নঙবু শৈথাদুনা হিংলগে
শবি পন্দোম লোন্নগে
নঙখক্তা তালোয় ওইজগে
নঙগী থৌজালতা ঙাইজগে
মপোক খুদিং ঙাইবগে

তনৌববী নঙগী খৃৎশানি
নোংগাংগী নাচোম জুগ্নি
নুজাগী নাপদা থেৎখিবনি
হাইফেৎতং মোমোন নোকখিবনি
মালেম পূন্না সুমখিবনি

হিঙলি হায়বতা মঙাইবে
ঐগীদি লোইনা পুবীখবে
লৈহৌদ্রে কবিমতা খাকহৌদবে
খাখলসে থাদোকপা ঙমদবে
নতৌদুনা ঐবু সুমখবে

অহিংসে য়াম্না থেঙজীনম্রে
নঙগী মায়থোংসু ফজবে
হায়নিংঙাই লৈতনা নিঙথিবে
ইশানা ইশাবু কাউজবে
ৱাখলসে পূমঙাও ঙাওবে

তুবেলগী ঈবোলনুংদা তাবিবা
থাজগী মমি তথকপা
ঈচেলনা চেঙ্খবসু ঙমদবা
ঈচেলবু থিংবসু ঙমদবা
ঐতনি পুক্লিং লেপলিবা

ঈচেলগা থাজগা মুক্লবে
থাজসে ঈবোলনুংদা ঈবাক্লবে
মাবু লৌখৎকে চোংথকবে
লাইজনুংদা থাজসে চোইজাইনবে
ঐঙোন্দগী লাপথোক্লবা নাথৈবে

ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈবে
থাজনা তপথবকপা ঙাইবে
মাবু লৌখৎকে হোৎনকবে
খাঙবা ঙমদ্রমানে নোক্লকলে
ঐদি পুমচোৎ চোৎলে

উকবগা মানা নোকখিবা
ঐবু পেনবীবগুম তৌখিবা
লুপখিসিবা অমুক্তসু পেম্বীনবা
ঐগী ব্রাজবসি খঙবীনবা
ঐবু মানা নুংশিবিনবা

ব্রাখল লৌশিং লমুক্লবিঙে
পাঙ্গল থৌনা থোকত্রিঙে
উপায় লৈতা ফুম্বংনবিঙে
থৌজাল মিৎয়েং ফংদ্রিঙে
থাজগী মীচৈ তাদ্রিঙে

খঙহৌদনা থোরকখি অমুবা
শোবাবেলগী হূইজাও কাব্দবা
খঙহৌদনা থাজবু চিকখিবা
ফিজি ফিনা শেংখিবা
থাজনা পাখংনা কপখিবা

গ্রহণ থাবো গ্রহণ
গ্রহণ থারো গ্রহণ
হাদা ইপা শোবাবেণ
গ্রহণ থাদোকহল্লো গ্রহণ
গ্রহণ থাদোকহল্লো গ্রহণ

নঙগী হূইজাও অমুবনা
নঙগী হূই কাব্দবনা
ঐগী থাজবু চিক্নুনা
থাদোকউ হায়বা য়াদনা
লৈবীবসে খাম্বীমু নহাক্না

নঙগী কাব্দবা লৌশিল্লো
নঙগী হূইজাও খামজিল্লো
হূইজাও লাবা কৌশিল্লো
লোইনা উমশিনখ্রে ওথোকহল্লো
থাজসে য়োংখিদৌবে কোংথোক্লো

হন্না হন্না লাউজখি
ঐগী ইতৌদা গুক্লখি
অউবা কনানা নোক্লখি
খূবাক খুনা য়েংনখি
ঐদি পাখংনা লাউখি

কয়াদা মচং থীম্রবা
হৌজীক্তা থাদোক্লীনে হূইথৌবা
মমৈ ফেংফেং হাইবা
মনা অনি লেক্থবা
লান্দশানা মতাং হৈবা

হিদাক পীবো হূইবুও
শিদা হিদাক থাদবক্ও
চেঙ চখোম শাম্বীও
হূইথৌ মহূ চিংথোকও
নোংদোল খয়োম লাংপীও

ইপা শোরাবেলগী হিদাকসে
তৈশিল্লো শোয়দনা ফবনিসে
ফিজি অদুসু শেগাইবেনেসে
চৎনুবনুকো মতুংদি লম্বীসে
ঐনসু চৎহন্নিঙদবনি মফমসে ॥০॥

# নুংশি চৈনা
(তবাতক্লক্কি পানবা)

ঙসিদি ইথন্তা ব্রাবৌজবে
থম্মোয়সে ব্রাবকপা ঙমদবে
পূক্লিংসু খাম্বীনবা নৈতবে
ব্রাখল পন্দোন লোমখবে

ঐবু তাথীনা তৌবীবম্বা
লমলানবা কনাগা চৎখিবা
ঐনা করম্না খাঙখিবা
নঙনা কবিগী পেনখিবা

ইথন্ত থম্মোয়দা নুংশিবম্বা
তূমিন্না থম্মোয়নুংদা লাৎচবম্বা
য়েংজবগা লোন্না পেনজবম্বা
মাঙখ্রে থৌনা পুম্বা

নঙবুদি ঐনা পেলহন্নীঙই
অপাম্বা পুম্বা থুংহন্নীঙই
য়াইফবতা নশক্ক্ ওইহন্নীঙই
নঙগী অব্রাবা পুনিঙই

নঙনা তাথীনা তৌবীবম্বা
পূম্নমক ঙমজে পেম্থোকচবা
লমলানবা কনাগা চৎখিবা
মদুমতংদি ঙমজদে খাঙজবা

অপঙবনি খঙনা লক্লবিবি
ব্রাজববনি খঙনা ওৎপীবি
নুংশি মমল মন্তীক্লবি
লাৎচবিবনি নঙবু মীবাইবীবি

আশাগা লোয়ননা লাকখিবনি
নিঙবা কান্নরবা খোঙচৎনি
নঙনা পীবিবা চৈনানি
লমল অমদি তোল্লবনি

লমহূইদি শিংই য়াম্না
মতম মাঙহন্‌বা তৌদনা
চৎখি অঙ্গুব হন্দোকুনা
মায়থীরে হায়বা খঙদশানা

থাজগী ফজবগী নাপল্
প্রকৃতিবু মীবাইবিবা বাখল্
ঐবু লৌনম্নীবা পূকচেল্
নঙগী মীচৈগী পল্

চৈবীয়ু নঙগী পেন্নবা
ইথৌনি নঙবু পেলহনবা
ঙমজদে ফোংনা বাবৌজবা
থম্মোয়তনি লাইমল ওইহৌবা

ঈচেল অসিনা লেপত্রিঙে
থৌনা অসিনা লোইদ্রিঙে
মচু অসিনা শেংদ্রিঙে
পুন্সিদি লোইখ্রনি খঙহৌদঙে

থৌজাল য়াওদ্রবা মীৎয়েং
নুংশি খলগী চাংয়েং
মায়থীববসু তাদে ময়েং
ঐগী আশাগী মীৎয়েং

হাপকংলক্লি ঈনোং থম্মোয়দা
মায়খীরগা হেন্না পূক্লিংদা
হংজবি তত্তনা থম্মোয়দা
বারকচৈ ইথত্তা পূক্লিংদা

ঈশ্বরদা তত্তনা খুকমজবা
থাজ মাবু কাউহন্‌বীনবা
মীৎকুপ্‌ অমতং পোখানবা
য়াদে হেনগৎলকই নুংশিবা

থাজ-ও থম্মোয়বু হূবিবী
নঙগী খোঙচৎ লোইনাইদবী
নঙগী লৈনম লমহেনবী
থৌরী কোঙ্গোয় য়াইওইবী

যমগী থৌবী ওইবে
ঐবু পুন্দুনা পুবীবে
ঈয়াই থক্তা লংথবে
নবক্কী কোমদা তারে

পাপকী বাখলনা পুন্নে
নহাকথক্কী পাপী ওন্নে
নুংশিগী তেন্না পান্নে
তেনগী চৈনা ফংলে

মায়খোঙ কুচু মকশিন্নে
ইশক ইচু মাঙলে
থবাই হকচাং য়াঙ্গংলে
নঙতগী বাখলদা মমশিন্নক্নে ॥০॥

## মীচং কনবী থাজ
### (তরাতরেৎনি পানবা)

তুহৎপীরবা মায়থীরবা ঐনি
নখোয় ময়াম অমতনি
অঙাওবা ঐগী ইতৌনি
নখোয়না ওইহনবা অঙাওবনি

নখোয় লোইনা মীচংনি
নোংইন্ থরো থারিক্থানি
লৈচিলগী মপে নোংদুমসুনি
নখোয় অমতনি মীচঙনি

প্রকৃতিদি নাইতোম তাহৌরে
মথক মখা ওনখরে
নখোয়গী খুৎশেম্না ওৎপিবে
প্রকৃতিগী থম্মোয় কায়রে

নঙগী পীবাং শাশিন্নবা
ইঙাগী নোংজু লোইনাইদবা
ঐগী পীরাং ঈতত্তবা
কনানা খঙবীগনি খেন্নবা

নখোয়না য়েংশিল্লিবসে ঐবুতনি
থাজদি নোংইন মাতগীনি
ঐদি মাতবু নিঙজবনি
থৌজালগী ব্রারেপতি - মাগীনি

প্রকৃতিগা থাজগা ঐখোয়নি
শন্নদে য়াম্না লাপ্নবনি
মালেমগা অতিয়াগা শন্নদবনি
চঙশিন্দুনা য়েংজু খঙগনি

অহিং মতমতা ওইহন্নীংই
নোংঙানবগা নুমিৎ তাহন্নীংই
থাজগী মায়থোংতা উনীংই
মাগী মীনোক য়েংনীংই

অঙাওবগুম চংলি ঐনা
হজং হন্দা লেপ্তুনা
নোংজু নুংশা থিদনা
মাগী মায়থোং উজনিঙবনা

নঙসু নোংমা ঙাওখিবনি
থাজগী পুর্নিমা মায়থোংদনি
গ্রহণ লাকপা উবদনি
কোকল মকমদা লোৎখ্রিদুনি

নুংশিবদি অবেপ্পনি লেঙদ্রবা
অপুম অশা নংলবা
তাইবং কনানসু নক্নীংদ্রবা
মসিনসু থিংঙম্লোই নুংশিবা

নিঙথিবা লৈতেং ফজবগী
মগুণ হাপ্লীবনি নুংশিবগী
অশেংবা নুংশিবদি থম্মোয়গী
মরী লৈনদে কনামতগী

নুংশিবদি থম্মোয়গী ব্রানি
থম্মোয় অনিগী মবীনি
পায়রগা শমজিনবা য়াদবনি
খুংনা থদংপসু ঙমদবনি

মিংনা উবা ঙমলোই
খুংনা শোকপসু ম্নারোই
থম্মোয়দা লোৎতুনা থমই
কনা খঙহন্দে উহল্লোই

নঙগীসু থম্মোয় পাল্লি
থম্মোয়নুংদা থুপ্তুনা থমলি
নুংশি মূর্ত্তি লোৎলি
মাগী শক্তম লাংলি

মীকুপ খুদিং কাউঙমদনা
তাবুনুংদা থমলি তূমিন্না
কনা খঙহন্দা লোঃন্না
কিশি চেংনা কিদুনা

নুংশি কিশি পামুবা
কিশিল্লে ঐগীসু অরোনবা
পুক্লিং অনি লোঙদ্রবা
পুন্সিগী কিশিনি খোক্লবোইদবা

পুদুনা চংলগে তূমিন্না
কনা খঙহন্দা লোন্না
বাকংলরোই অমুক হন্না
তাবীরবোই খঙলে মানা

মগোক খঙনা পোক্তুনা
মগোক তরেৎলক পোক্তুনা
কিশি তরেৎ খোক্তুনা
হিংমিন্নগে ঐখোয়নি শিমিন্নদুনা ॥০॥

# অহিং অমগী মঙ
## (তরানিপান্নি পানবা)

চোকথরে
ঝাখল পোৎলূম পুবদা
খাঙখি খাঙলি খাঙখিনি
তরানিপান্নি পানবা থাবান্নি
মাদি চৎশ্রে তূমিন্না

খাঙগে
খাঙ্গু তন্নন্নবা মপোক্নী
মীৎকুপ অমা ঙাইবদা
চহী চাম্মা ওইরে
পূংজা খরসে খাঙলগে

ঙাইখিগে
মানা হুল্লক্পা ফাওবদংদি
পীজখিসনু লৈবাং লৈহিদি
নুংশিবা কনাগী মফমদা
উখিগে ঐসু মায়থোঙদুদংদি

ঝানা
ঙহাক্ ঝাখল তৌরীঙৈ
মালংবনা পাউদন্নৈ নাপদা
তফিং তফিং চিক্লা
থাজ মাগী মপাউ

হলক্লে
অয়ুক ঙন্না হৌদুনা
পূংফম কায়না চৎখিবী
হৌজীক ফাওবা হলক্লে
মচা মোবান্নী কপহৌবে

পাখংখি
ইশাসে হুমাং কারক্খি
শুকৃউগী খোঙচৎ কায়বদবা
করমা খিরুগনি থাজবু
ওহাক ধ্যান তৌকই

ষি :
করি মতৌনো সিদি
মঙলান্নি হায়না লৌসিন্না
তাইবং লোনচৎনি খল্লসিবা
মতমগী ঈচেলনি হায়সিবা

অঙকপনি
লোইবা নাইদ্রবা ঋাহংগী
থম্মোয়গী অথুপ্পা কাচিন্দা
লোৎতুনা থন্নিবা খোইমুগা
নুংশি চিল্লোক্লরিঙৈ অচিকপদা

খেঙস্ত্রে
তাইবং পূংজা য়েংহৌদ্রে
নচা মোরাম্বী কপহৌবে
নবান যাইদা হলপ্লো
তাইবং কনা খঙদ্রিঙৈ

মতমসে
কয়াদি কুইবে নঙনা
অমংবা নোংগী মকমদা
অবোনবা কাখুসিদা থুপ্পুনা
নুংশি সেবা তৌবীঙৈ

হংনহৌবে
চেপ্‌থা চেপ্‌থা য়েংনহৌবে
ঙাঙনহৌরে মীয়াম খোবক্কুনা
হায়নহৌরে মতম শোয়বে
থা খোরক্কে হায়না

তাইওন্নবে
করি মতৌনো সিদি
মীহৌ চাউবা খোইমুও
নশা নথন্তগী থনগনু
থাজ মাগীসু মখল্লু

খোইমুশিংনা
লৈবাং লৈহি চূপ্পদি
খোইমু ওইবা মহৌশানি
লৈবাং লৈনা চার্বদি
খোইমু নবম্‌চং নত্তে

য়েঙউ
থাজগী তঙাংলবা খঙ্গাইসে
খোইমু য়াখুন তাবে
শকফম্‌ কায়বে থাজসে
মবানয়াইদা কবম ঙনগনি ?

অদুঙৈ
শোবাবেনগী হূইনা চীকপদা
লাউনা খোংনা কপখিবনি
নুংশা থীনা পাখংনা
তেংথা নাওইনা লানজদ্রবী

ঙসিদি
কপসু কপ্তে তূমিন্না
বাখল তৌবি তথক্লা
নুংশি খুদম্মী কাউদনবা
প্রেমগী মীনজুব থাংলবী

অদুগে
কলঙ্কীনি বাথোক ওইন্নবী
রাধিকা কৌবী ইবেম্মনা
মবুঙ্গো শ্রীকৃষ্ণগা উন্নবীগে
আয়াম্দি করম খাঙলম্‌গনি

খঙলে
থাজগী মায়হিংসে মাননি
কলক চাউবা খোয়মুগী
হূনি হূ তমথিববা
অহিংদা শাংগী লৈবাং

ঙাইখো
কৈদৌববগে থাজ নঙবু
তাইবং শিন্দা তুংওইনা
মায়থোংনা মোনগা তাইনা
করিগী তূমিন্না লোৎপনো

হাইদোকউসে
নমায়দো অমুক্তা য়েংগে
ইশা করি মতৌনো
মহৌশা লাইবেম্নীগী খোঙচৎ
কায়বদা অসুম মতারবা

কমদোনি
করি উপায়দি তৌগনি
থা নওদি থোক্তকরোইদ্
মায়থোং তঙ্খায় পুদুনা
থোক্রোনে থাজ নওবু

য়াদ্রে
থাজসি থোবকউ ময়াদ্রে
থোইমু য়াখুন কোক্তরি
শাগেগী মৌনি খণ্ডদববা
তৌওম্না থোইমু লমহেনব

জলকেলি
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম
রাম রাম হরে হরে

বাধে
শাগেগী মৌ অথোইবী
যমুনা তুরেল তোবর্বান্দা
নবুংঙোগা জলকেলি শান্নবিঙে
নোং ঙানখিবা খণ্ডহৌদবা

কনবীখিবদাই
গোপ গোপি লিশিং
ইবুঙ্গো মাগী খৌজাললা
কনবিয়ু থাজ মাবুসু
শাগে ময়েং তাদনবা

থৌজানবীবে
য়েংঙুনে থাজ নঙবু
মপুগী থৌজাল ঘূংলবে
মায়থোং থম্বাল হাইগংলো
শিদা হিদাকসে তৈবসি

নানশিল্লো
গোপী চন্দন মতূমসে
খূবাম থল্লা নৈবগা
তৈশিল্লো মবোল নাইনা
খোইমু-য়াখুন উদনবা

ফজবে
য়াম্না পক্চবে থাজসে
ফজবা মায়থোংনি চন্দনগী
য়েংবগী পেনবা নাইদবে
চন্দনা চাল্লবা মায়থোং

নিংথিজবে
ইপক্তা পকচরে থাজসে
ইমনা ফজরবা শকক্যনি
ইনুংদা নুংশিবা মত্তৌনি
ইয়েংদা য়েঙনীংবা চেংলৌনি

[illegible]
নঙগী [illegible] কাউথোকপা
থম্বাল চৈনা [illegible]
নুংশি চৈথেং [illegible]
[illegible] [illegible] [illegible]

কপ্লিংলে

লাউ খোঙদূনা পেন্না
থম্মোয়দা খুতুম্না সুদুনা
কাইখিনবা মচেৎ তানা
থাজ মানা পেনখিনবা

নঙগীদমক্

বাজখিবনি মীৎকুপ খুদিং
চোক্থবা লৈতনা খাঙদুনা
পামজরুবনা মীনোক অমতং
নুংশি নঙগী চিন্নান্দগী

মীরাইবীবে

থাজ মাদি তামখরে
ঐগী থম্মোয় মন্দিব
হাঙহৌরে চৎখরে হন্দোক্লুনা
য়েক্লা মীৎয়েং থগ্নীরে

অদুবু

ঐদি মাবু কাউঙমদে
হোংদোকপা য়াদ্রবা নুংশিবনি
থাজ য়াওদ্রবা প্রকৃতি
থবায় য়াওদ্রবা প্রকৃতিনি

মীচৈ

থম্মোয় কায়বা মীচৈ
বাহে অমতংগী মীচৈ
হূ য়াওরবা মীচৈ
শিবমক্তি শিদবা হূ

খাওখিগে
শকফম কায়বা মখৈ
চৈখো পেন্নবা চৈবমখো
কয়াম কুইনা খাওখিনি
খৃৎশেন্না নৈহৎপীরবা প্রকৃতি

ইস !
ঐদি কন্না তুম্নরেদনা
কয়াদা তমথীব্রবা মঙলান্নো
ইশাশে হমাংনা পৃমচোৎ
থাজগী ইংলবা মঙালসিদা ।।০।।

## ঈশ্বরগী খুদোল থস্মোয়
(তরামাপন্নি পানবা)

নঙবু নুংশিবসিনা ইবাল ওইববা
মীৎকুপ্ খুদিং ইবাল চাম্মনি
নঙবু কাউদবসিনা পাপ ওইববা
মীৎকুপ খুদিং পাপকী মপৈনি

পাপ চেল্লবা ঐবু
পাপ্পীনি হায়বীবে নঙনা
ইবান লৈববা ঐবু
চন্দালনি চৈবীবে নঙনা

মীৎকুপ খুদিং পাউদম্লীংই নফমদা
অৱাবা নুংঙাইবা অমতা খাক্তনা
ঐগী নুংশিববু খঙবীনবা নঙনা
নুংশিবীনবা ঐবু মীনম্বা য়াওদনা

পাউদমজগে খন্না ঙাইজবা
ঐবু থৌশাবীরমদনা চৎথ্রে
মীবাইবীবে ঐগী নুংশিবা
অপঙবনি খঙনা লক্লবীবে

থোৎ নৌববী লৈবাংগী লৈনা
অমৃত চেল্লবা লৈবাং লৈবিক্
থস্মোয় হূবা লৈরাং লৈনম্
শুমহৎয়াইনা থল্লবা থাজগী মায়থোং

তত্তনা লক্লববি ঐবু
থস্মোয় মৈশা লাংহল্লে
মীৎকুপ খুদিং চৈথেংনি
পুন্সি তাঙ্গোয় ওন্নবা

নোংমদি শোয়দনা নুংশিবীবকখিনি আশাদা
মীৎকুপ খুদিং নঙতবু নিঙজবনি
তাজনীংদুনা নুংশি ৱাহৈ অমতং
খোয়থুন্নবা নঙগী নুংশি চিনবান্দগী

তাইওন্নবা নতৌনি নঙগী
মীৎকুপ খুদিঙ মীবাইবীবে
ৱাঙাংদবা নঙগী মীচৈ
থম্মোয় কায়বে মায়থীবে

পম্লুং য়াওদনা কোয়না চৎলে
অরাক অথংননা ইশাই থবাইরে
মবম খঙদা খোঙথাং লেপলে
মীৎকুপ খুদিং পুংজা খুদিং

লমাংনববা ঐগী পুন্সিনি
লমজীং লমতাকপীনবা লৈত্রবা
নঙনা মীরাইবীরবা পুন্সি
কয়াম কুইনা হিংখিগনি

লোন্না থাংলিবা নঙগী খোঙথাংদা
থম্মোয় অসি তনিক্ তনিক্লবনি
করিবু হায়জবা ঙমগনি নফমদা
নখা পোল্লবা লমলানবা ঐনি

নঙবু খঙলুবা মীকুপ্পগী
চৈনা ফাওরে থম্মোয়দা
নঙগী থম্মোয় নুঙনি
প্রকৃতিবু মীরাইবীবা থম্মোয়নি

নঙবু নীংশিংলকপা মীৎকুপ খুদিং
খাঙমদ্রবা চৈনানি থম্মোয় লকাদা
নুংশি নঙগী পোৎলুম পুবদা
পাঙ্গল থৌনা লৈরক্তরে ঐগী

মীৎকুপ খুদিং কাউঙমদবে
নুজা ওইবী নহাকপু
করম হায়না খাঙসিগে
ঐগী উপায় উরক্তরে

থম্মোয়গী রাকৎ মঙলানগী পম্বুং
নঙনা চংখিবা ঐনা লেপহৌবা
নঙনা নোকখি ঐনা কপখি
থোংসু লোনসিনহ্রে ঐনা থোঙজিন্দা

হিমালয় চিঙজাও কিম্বুবক্রো
ইকোক থক্তা নম্বুবো
মালেম লৈশা ওলহল্লো
মপোকসিমা শান্তি ফংনবা

থম্মোয়সে মন্দিরনি ঈশ্বরগী শেংলবা
অশেংবা ফজবা নুংশিবা মক্তবা
থম্মোয়দা ফাওরিবা ইহুল নুংশিবগী
ঈশ্বরগী খুদোলনি মমল নাইদ্রবা

খুদোলসিনা ঐবু বাহল্লে
ঐগী থম্মোয় মন্দির
মীৎকী শিনা চোৎলে
করম্বা মপোক্কী দণ্ডিনো

বাখলসে চোইজাইনরে নঙবুতা খনবদা
থাংজিনবসু ঙমদরে হন্দোকপসু হৈতবে
হুকপিবো ইঙকসিদা মৃতুগী থৌবীনা
ঙাইঙমদরে মতম পুন্সিগী অবোইবা

মীৎকুপ অমতংদি পোখাগে
ঐসু মীওইবা মপোক্পী
মায়াগী থৌরীনা পুনখবে
নাম্থোকপা ঙমদবে নফমদগী

লৈচিল খোঙনেংননা নঙনা চংখিবা
নোংমদোন অতিয়া অবাংবা দলান
নোংদুম মপৈ অসুকপা গলি
থাজগী মায়থোং অরোনবা থম্মোয়

অনৌবা নত্তে চৈনাসে
অসুম বানা খাঙলি
লোন্না য়েংজরগা নঙতবু
মথং মপোক ঙাইদুনা ॥০॥

## নুংশি ৱাহৈ বিদায়
(কুন্নি পানবা)

নঙগী নপাউ ঙাইৱদা
অহিঙ তাইবং তাইওন্নবে
নোংমা নোংমা হৌজিনখি
নুংশি নপাউদি লাক্তবে

আশাগী ঈচেল কংদবি
নুমিৎ তাবা ঙাইখিনি
থাজ মানা থোক্লকপা
থম্মোয় পেন্না য়েংখিগে

ঙাঙথোক্তবা নঙগী চিনবান
থম্মোয়বু লাংতক্লহল্লিবা মায়থোং
নুংশি নোংদম ঙাইবদা
তাইবং পুন্সি লোম্লনি

নঙগী মায়থোংগী মমি
থম্মোয়না তত্তনা হংলি
ঙবাংনা কবি ওইখিবা
ঙসিনা করি ওইবিবা

হয়েংদি লাক্কনি খল্লি
মপাউ অমদি শোইদনা
থাজনা ঐবু মীরাইবীবা
মহৌশাগী ঙসিদো ঙসিসুনি

নুংশি হায়বদি তাহৌদে
বিদায় হান্ন পীবক্লে
নঙগী বিদায় ৱাহৈসে
ঐগী মোংফম ওইবগে

নওগী থম্মোয়দগী খোরকপা
বিদায় হায়বা ঋাহৈসিনা
ওইহল্লে ঐগী ইফমদা
থম্মোয় অনিগী মবী

শেংলবা নুংশি মরীনি
নাকল অমতগী নুংশিবা
থম্মোয় অনিগী পোৎলুম
ঐ ইতোম্‌তদা থোঙ্গংপিবে

পুবগে ইথন্ত ওয়বা
ইকোক্‌ থক্তা হাপ্লগে
পুমিন্নসি য়াদ্রবা পোৎলুম
হৌররোই কনাবু পুমিন্নবা

খাঙেনফম য়ৌদ্রিফাও খাঙলগে
বৈত্যবণি তুবেলসু লাল্লগে
মথং মপোক্তা পুবক্কে
পুমিন্নবা নওগা ঐগা

নোংমদোল থক্কী থাজ
নওদি পুন্নমক্‌ উবনি
নওদি লোইনা খঙবীনি
ঐগী অশেংবসিদি খঙবীরমদ্রে

নওগা ঐগা লাপ্লে
নওনা নোংমদোল অতিয়ানি
ঐনা মাল্লেম লৈমাযনি
ইশানা ইশাবু খঙজৈ

অদুবু ঐগী থম্মোয়দি
নঙগী ননাক্তা লৈখবে
হল্লক্উ হায়বা য়াদবে
হায়চংনববা ঐগী থৱায়নি

নঙগী নঙাল ফজবদা
তাংজবিবা নঙগী প্রকৃতি
নঙনা হন্দোকপীববা প্রকৃতি
মমি শান্নবা পুন্সিনি

খৃৎশেমগী জগৎতা ঙাওজবী
থাজ নঙবু তথকপী
খৃৎশেম্না নৈহৎপীববা প্রকৃতিবু
হন্না অমুক্তদি য়েংলমখো

নিঙবা কায়ববা শকফম্
তাইনফম খঙদনা খোয়শাওনববা
উপায় ফংদ্রবা মগোক্লি
তাইবং কনানসু শৈথাবীরোই

ইশানা ইশাবু কাউরবা
মমল য়াওদ্রবা পুন্সিনি
মীবেম ওইবে নফমদা
হিংলি হায়বতা মঙাইবে

লমহেল্লবা থম্মোয়গী নিঙাইদা
গোথাবা ফঙজদ্রবা পুন্সিনি
ফংলবোইদবা নঙগী থৌজাল
ঙাইখিনি পুন্সিসিনা লোমদ্রিফাও

নঙগী পেনবীবা মতৌ
নহাক্কী থৌজাল মীৎয়েং
ঐগী তাইবং মীৎসিনা
উবরোই খঙই  মপোকসিদা

অদুবু মসিমদি খঙবীয়ু
ঐগী শব্দক তন্নমদ্রবা
নঙগী নুংশি থম্মোয়দো
মহৌশা ঐগী খুদোলনি

লাংওল হৈবী থাজ
নঙগী মহৌশাগী খোঙচৎনা
ঐগী থম্মোয় ওলাংহল্লে
নুংশি চৈনা খাঙবদা

অহিংগী লিক্লা মাঙখরে
অমংবা নোংনা কৃপখরে
ঐগী থম্মোয় অতিয়া
অবা মৈশা লাংলে

ঐসু নোংমদি পোখাগনি
তাইবঙগী অরোইবা পোখাফম
তোববালগী লৈঙোই মথক্তা
কায়ববা থম্মোয়বু হন্দোক্নুনা ॥০॥

# অচিক্পা

(কুনমাথোইনি পানবা)

কায়না ব্রাহৈ অমনা
পল্লোল চাম্মা থৎতুনা
ছন্দোকপীরে ঐবু নগুনা
ইদোম তবক অচিকপদা

সংসাবসে লোয়না কায়নবে
ঐগী মালেম পৃথিবী
কায়না তেংথাফম ওইবে
লোয়না শেৎনা খায়নবে

খোঙথাং খুদিংগী খোম্থাং
কনাসু লৈজদ্রে ঐগী
মাংগী তুংগী অনিদা
ইদোম তবক লেপহৌবে

অহিংগী অচিকপসু কায়বে
ঐগী তেংথা ব্রাকৎনা
কনাসু লৈতে তাবীনবা
য়াওদে থেম্বীনবসু তাইবংদা

বিদায়না শৈহৌ ওইব্রবা
ঐগী নুংশি খোঙচৎনি
শাংলবা পুল্সি লম্বীদা
মরুভুমিগী লম্বীনি লোয়নাইদ্রবা

য়েংখি মায়কৈ খুদিংদা
লোয়না তামখবে অথাপ্পদা
ইনাক্তা কনাসু লৈতবে
মায়কৈ খুদিং অমম্বনি

নিঙবা কায়রবা থম্মোয়
কপমিন্নসি নঙগা ঐগা
থম্মোয় পেন্না অচিকপদা
কনা খঙহন্দা লোন্না

পামজদ্রে কনাসু উনিঙদ্রে
তানীংদ্রে কনাগী চিবোল
ইদোম বিদায়গী চেকপলনুংদা
বন্তি ওইনা লেল্লগে

তাইবং খোঙ্গেল তাদ্রবা
পূমচিক চিকপা অহিংসিদা
মংলানগী আশানা থুংলখি
আশাগী নোংলৈ হুমজিল্লকখি

নঙগী নুংশি পরীক্ষাদা
মায়থীহৌববা নঙগী প্রকৃতি
চৈখৈগী বাংমদা লৈহৌবে
উপায় লৈত্রবা মপোক্নি

নোংদোল অতিয়া মকোয়দা
অহিংনা ইচিক খেন্নক্পা
তাইবংনা তুমখুল তান্নিঙৈ
নঙতা ঙাইরে অতিয়াসিদা

থাজ নঙগী ননাক্তা
করম হায়না চঙগনি
কবি চিরোল তৌগনি
নঙনা ইস্লোকপীববা পুক্নিসিনা

নঙগী নুংশি বাখলদা
তাইবং শিম্বা থাদোক্লবা
ঐগী ইতৌ উবগা
ঐবু পেন্না চৈবমখো

হাংলবা ঐগী ফিগাও
মপুক শিংলবা ঝুলি
কনাগী খোঙজিলদা লেপ্লুগনি
খোঙফম লেঙদ্রবা ঐনা

মফম কৈদা চৎলবোই
কনাগী খোঙজীন্দসু লেপ্লুববোই
নহাক্লা মীবাইবীববা ঐসে
মায়থীববনি মপোক অসিমগী

ইবান কয়া লঙশিল্লে
নঙবু হেন্না নুংশিব্বনা
নঙগী লমল তোলহৌবে
নঙগী খোঙচৎ কায়হল্লুবগী

নুঙগী মূর্ত্তিগুম লেপ্লগে
খোঙফম অমা হোংদনা
শাপ তৌবীবো নঙনা
ঐবু "নুঙ" ওল্লো ॥০॥

## থবী ময়ূম শাবা
(কুন্নিথোইনি পানবা)

শোরোক্কী চিদাইদা তারিবা
নুঙজাও মপৈ মপৈ
অমম্বা অহিংসিদা মূনা
চিন্তা পোৎলুম পুবীবা
　　কাখৎতুনা ফমুই ঐনা
　　তৌফম খঙদা তূমিন্না

অমুক্তংদি য়েংহৌনীংই মাবু
উশিন্নদা শানা লোন্না
পোত্থাবা ঙমজদ্রবা থম্মোয়সে
মৈশা খজিক কোক্রবা
　　থম্মোয়গী নিঙাই খাঙবদা
　　বাখল থৌনা মাঙশিল্লক্নে

ঙাংঙোই বাদি ঙাংলবোই
চিনবানসে খজিকফাও লেঙঙ্ক্রবোই
তানিঙদ্রবা মাগী মফমদা
কবি অমুক হায়কখিনি
　　য়েংখিনি নুংশি মায়থোংদুদি
　　থম্মোয় পেন্না লোন্না

ঐগীসু অধিকাব লৈ
মাবু পেন্না নুংশিবগী
হনজিন হনজিন য়েংখিনি
পেন্দ্রীফাও নুংশি শক্তম্
　　হাৎকে হায়বমক্তি নত্তেদনা
　　শাউনীংলবসু শাউবসনু মথৌনি

ঐনা মাবু নুংশিবসে
মঙোন্দা করিবু কায়বগে
মসিদি থম্মোয়গী বানি
ঐনা শিল্লুবা ওমদে
অদুনা অসুম নুংশিনি
লোন্না তুমিন্না থাদোক্লোই

হংফমসু লৈতে তান্নফমসু
লংলা লংজিল থোক্লবা
ওমচাক্লরবা থম্মোয়গী বাহং
পাউখুম ফংগদবসু লৈত্রবা
ইদোম থম্মোয়দা লাৎচবনি
মসিবু মঙোন্দা য়েংপরা

ওহাক বাখল তৌবীঙে
থম্মোয় বিচাব চথরিঙে
থাজগী মঙাল ফুদোবকখি
থৌনা পুম্বা মাঙখিবগুম
ইপা পাখৎপগুম ইশাসে
তৌফম খঙদনা বাখি

মচু তবেৎকী ফিজংনা
থাকল তরেৎ ওইদুনা
থেঙদাননা থোবকখিবা থাজগী
মপুং ফাববা চুমথাংনি
চুমথাং মচুনা চুববা
থাজগী মায়থোং নিংথিবী

অহিংগী অচিকপা থুগায়দুনা
লম্বী চংপশিংনা ঙাঙনবকই
থাসে য়েংঙুনে নখোয়বু
থবী ময়ূম শারে
　　নোং চুগদবা বাংলি
　　অদুননি য়াম্না ওমচাক্লবিবসে

নখোয় কনামতা খঙলোই
ওমচাক্লবিবা অসিগী মবম
চাক্লকখিগনি হেন্না হেন্না
মখল মথেল নাইনা
　　নুংশিবা মশক খঙলক্লবদা
　　মৈবি খোক্তবা মৈচাক্লা

হকচাংদা ফাওবিবা ওমচাক্লবা
নুংশি ইহলগী মমিনি
শাংকাইবক্লগনি থম্মোয় লৈবাং
লৈশক লৈচু নাইনা
　　অঙৌবা অঙাংবা অশংবা
　　মচু খুদিংগী মৈচাক্

য়েংশিন্নদা শাবা মীৎয়েংনা
হূদুনা অমুক্তং য়েঙলুই
থাজগী মায়খোংবু লোন্না
নিঙথিববী শক্তমনি থাজগী
　　হন্দোক্লম্মু য়াদ্রে ইমিংসিনা
　　মীৎফম হোংবা ঙমখিদ্রে

থবী ময়ূম নংলমদে
থাজগী নিংথিববা কোকথক্তা
কজেংলৈ মকোয় নিঙথিবী
বাহোং মতু মীংলাওবী
ফজবগী ঙমখৈ লৈতবে
থাবগী লোইবা নাইরবোই

থৌবাম্মিচাক লিশিংবু ঙমজবী
কজেংলৈগী কীনাবনা হাইসকপা
মদুদগী থক্তোবকপা মঙালনা
নোংথাং লিশিং ওইখবে
থম্মোয় ফাওনা চাকলক্লে
নঙগী নোংথাং লিশিংনা

বজ্র লিশিং থাদবক্লো
মচেৎ তানা য়ানখাইবো
লমহেল্লবা থম্মোয়সে চাকথেকলো
নুংশি দণ্ডি পীবীরো
মরু ফংনা মাঙহল্লো
পুম্নিগী চৈনা কোকখিনবা

নাথৈদুনা চৎখবে মাদি
নিংথিবী শক্তম পুদুনা
মথং মপোক ঙাইবিবা
প্রকৃতি ঐগী থম্মোয়না
লৈবাং কনাবু য়েংনিংদে
নুজা কনাবু খোইদাব্দদে ॥০॥

## থাজগী মফমদা
(কুলহমদোইনি পানবা)

পূমমক্ খঙলবী থাজ
অখঙবা নঙোন্দা হংজবনি
খঙদবা ঐঙোন্দা তাকপিবা
তাইবং লোনচং নত্তববা

খঙজদবা ঐবু উবগা
খঙদবা অমুক শারনু
নঙ অখঙবীনি হায়বসে
খঙদবা ঐনা খঙই

পূমমক খঙলবী নঙনা
পুবীরো অরোনবা লম্বীদুদা
লমজীংবীরো শুরুবা মায়াপুবদা
পুনবীবো নঙগী মায়াথোরীনা

নঙগী মায়াগী নৈকোন্দগী
অমুক হন্না থোকচরোই
তাইবং কনাদসু হায়দোকলোই
নঙগী য়াথং হীকতোকচরোই

ঐগী মীৎসিসু পুনসিল্লো
খোঙ-খুৎ ঙম্না ফাজিল্লো
লেঙদনা লৈরমগে তূমিন্না
নঙনা হল্লকপা ঙাইদুনা

হেলোই তরেৎনা পীরকপা
নঙগী মায়াগী শক্তি
অহৌবা অবোইবা নাইদ্রবা
নঙগী শক্তিনি শুমহৎপা

নঙগী মায়াপুব লমদমদা
ঐগী থরায় লৃপখবে
থোকফম খঙদ্রে লম্মাংনবে
অভিমন্যুনা বীহ্ চঙখিবগুম

নঙগী মাযাগী লৈকোন্দা
লোৎভুনা থম্নীবো ঐবু
ননীং তম্লো ইতম্বাক্তা
নঙগী শান্নপোৎনি ঐসে

মৈবাম্বীনা মৈবীবু নুংশিজৈ
মৈবীলক্তা তিনখি মৈবাম্বী
পাজগী মৈবাম্বী প্রকৃতি
তিনজগে নঙগী মৈবীদা

পুন্সি তাঙ্গোয মকুমসু
নঙগী উযুল্লক্তা তিনসনু
ননাক্তা লৈববু ফংজবর্বাদ
ওইনাংবা অমা ওইজরসনু

নুঙলোন কয়াগী মবক্তা
খুদ্রিক খুবা অখুবা
তাইবং মকম অথুপ্পা
অরোনবা লম্বীগী ফিথুপফম

নোংদোল অতিয়া অবাংবা
খ্বাইদগী বাংবা অবোনবা
পুম্নমক নঙগী নশাইগোর্দ্দনি
লোৎলনু ঐবু লমজিংলো

থম্মোয় চাংজৌ ঈহৌবে
তোববান খুদিং ঈপাবে
মায়কৈ খঙদা ঈচেল্লে
ঈতিন্‌ফম খঙদা ঈমাংলে

ঐগী নুংশি ৱাবি
কান্নদ্রবা কল্পনা ওইবে
লোইনা চোইজাইনরে লৈমায়দা
পূন্নমক অবেম্বনি মালংদা

মাঙখ্রসনু ঙম্লা মুৎখ্রসনু
ঐগী নুংশি শৈহেক্
পূন্নমক চন্নদ্রে নফমদা
উযুলনি মরুভূমি লমদমগী

নূঙফাও মহি চেনখ্রে
নঙগী পম্মোয়তনি লেঙদ্রিবা
নুমিৎসু নোংচুপতগী থোবকখ্রে
নঙগী থম্মোয়তনি হোঙদ্রিবা

ঐগী চিতাগী মৈখু
কুইববোই কাবক্লনি ৱাংনা
নোংদোল পক্লা অতিয়াদা
নখোঙ থম্বাল শোক্লরনি

থম্মোয়না থম্মোয়দা চঙজখিবনি
চঙজফম শীবীখিদে নঙনা
চিতাগী মৈখুনা ৱাখৈনবনি
পম্বুংগী লংদাইফম ওইবল্লসনু ॥০॥

## থাজগী মীচৈ

(কুনমবিনি পানবা)

ঐগী থম্মোয়গী নিঙাইদা
রাবৌগ্রে থাজ মহাক্
খোয়শাউনবা মাগী মাযথোং
হৈনিঙদবা মাগী মতৌনি

থাজগী তম্দানবা মতৌদা
তল্লমানে লোইনা চৎনগ্রে
নোংইন থরো থাবিকথা
তুমিন তুমিন লৈনগ্রে

পূমচিক চিকলে অহিংসে
পূমহাঙ হাঙলে অতিয়াসু
মদোম তবক অতিয়াদা
থাজ মতোমতনি অহিংসিদা

ঐদি কবম্মা চৎকনি
থাজগী মমাঙ শমদুনা
মাগী মঙাল হেনখিবনা
লোৎফম লৈতে ঐগী

নাকেছা নঙলবা পামেল
তলা পামেল অপিক্চা
শৈজ্রাক পাম্বী মখোঙসিদা
কবম হায়না থুপকনি

থাজদি অতিয়াদা খোকপীনি
মাগী মঙাল থিংঙমদবী
মালেম শীনবা থুংবীনি
করম হায়না লোৎকনি

তানজা মেনজা য়েংদুনা
খোঙথাং তপ্পা থাংদুনা
তুবেলগী তোবর্বান্দা নাখৈদুনা
ঈবোলনুংদা লোৎকে থৌবাংলুই

অঙকপগী মতৌ ওইরে
কবম হায়না চঙসিনগনি
কবি হায়না হন্দোক্কনি
ঐগী খোঙথাং লমুক্লবে

নোংদোল থক্কী থাজ
ঈবোল নুংগী থাজ
থাজ অনিগী মবক্তা
বণ্ডি ওইরে প্রকৃতি

ঐগী লম্বী লোইখবে
লৈথোককম লৈত্রে নমাঙদগী
অকিবদা খোঙ থিনজিনবা
মহৌশানি অপংবদা লক্লবা

নঙবু উদনবা চৎচবনি
উপায় লৈতবগী লমুক্লবনি
ঐগী লাল্লবা মপোক্নি
নঙবু তত্তনা য়াহল্লিবা

উপায় লৈত্রবা থম্মোয়দা
ঈথিল পিবকথি তত্তনা
থামজিনবা শুমদ্রে পিবাং
চেষ্টবক্কে ঈচেল নাইনা

ইকাই পীবাং থিংঙমদবা
লোন্না তৈথোকখি তূমিন্না
থাজনা ফোংনা উখি
মচিন পেন্না চৈহৌই

মায়কৈ খঙদনা থাংলকখিবা
খোঙগী খোঙথাং অনিনা
কান্নদ্রবা হকচাং পোলাং
পুবকখি অমম্বা ঈপাক্তা

অমম্বা অহিংদো মমখি
হেন্না হেন্না মম্‌শিল্লকখি
নীংশিং নীংশিং খৌদোকশিং
লোইবা নাইদ্রবা চৈথেং

মীকুপ্ অমা খাঙবদা
কুমজা চাম্মা ওইখবে
তাইবং সংসাব তাইওন্নখি
লংলা লংজিল খঙখিদে

নুমিৎ কয়ানি নোংঙানখিদে
অমম্ অঙান খায়খিদে
অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা
পূম্মম্ মল্লবা যুগ

অসুক কনবা চৈথেং
লোইবা নাইদ্রবা চৈনা
নঙগী মীচৈগী তেন্না
থোৎলবা ঐগী থম্মোয়দা

নীংশিং নীংশিং কয়ারক্
কাউগে থন্না কাউঙমদে
হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোক্নুম
থোঙ্খাং য়ৈরী থম্মোয়নুংদা

হে বারক্লবা থম্মোয়
খোঙফম অমতদি হন্দোকউদনা
ইশক্ ইচু ওল্লবনি
নঙগী নিঙাই খাঙবদা

মাগী মীচৈ তারুবগা
খোঙফম হেন্না চেংখবে
পাপ চেল্লবা থম্মোয়নি
পাপ্না য়োল্লবা মপোক্রি ॥০॥

## দণ্ডি

(কুনমঙানি পানবা)

উদনবা লোৎচরিবা প্রকৃতিবু
তোয়না তোয়না কৌবক্লে
শাক্ষী কয়া থমদুনা
    কবিগুরুদা প্রকৃতিনা লোৎলবা
    কবিনি খনখিনি তাইবংনা

থাজদি মথক্তা ঙানবীনি
প্রকৃতিনা মথাদা লৈবনি
থাজ মাগী ময়াথং
    কবয়া হিক্তোকপা ঙমগনি
    মথা পোল্লিবা প্রকৃতিনা

মঙম শান্দ্রবা খোঙথাং
খোঙফম খুদিং তিংখং
মিবাং লাংনা য়োল্লবনি
    হেন্দোকপা ঙমদ্রে দণ্ডিনি
    ঙক্তা থৌবী থাংলে

নঙগী দণ্ডি অহকপা
নঙগী থৌজাল মঙগুম্বা
ভাবনা লাম্বা ফংদবে
    ঐবু অসুম লোৎলসিরা
    বাখল পলেপ্‌ফম খঙখিদরে

নঙগী মীচৈ লেপলোগবা
খোম্বাং য়ৈরে কাউঙমদবে
ঐবু অমুক কৌবীরক্লগনু
    অসুকপা লোক্লুংদা চৎত্রগে
    তান্নবা লমদমদা লোৎত্রগে

ইবালগী দণ্ডি অরুম্বা
অমুক হন্না হান্নীরনু
নঙগীদি অইংবা মায়থোংনি
উদনবা চৎলগে লোৎলগে
মীৎ উইশিন্দুনা লৈথোক্লগে

ব্রারেশ অমা লৌই
নঙোন্দগী লাপথোক্লগে হায়না
নঙবু উকবা মীকুপ্তা
ঐগী বাখল হোংই
ইরাল হেক্তা লংশিল্লি

অহিংসে ফনা থেঙজিনখ্রে
থাজগী মঙালসু ছন্দোবক্রে
চেনবা য়াদ্রবা প্রকৃতিনি
থোঙফম লেঙদনা লেপলে
ইরালগী দণ্ডি ঙাইদুনা

মাইথোংনা মালেম লৈমায়দা
লানজদবা শানা তুমিন্না
চৈগে হায়ববসু চৈজরসনু
ইবালগী দণ্ডিনি খল্লগে
তুমিন্না খাঙলগে পেনজবসনু

শুমহৎপা মায়থোংনা নোক্লকখি
থম্মোয়বু ফাথদুনা থাজনা
ঐদি লেপখি পাখৎনা
ইশা নিকখি তুমিন্না
কবি ওইবক্লদগে খনবদা

পূম্নমক খঙলবী থাজনা
নোক্লকখি মহৌশাগী মোমোম্নবা
প্রকৃতিসু নোকখি মহৌশাগুম্
কংলবা চিন্নাম্না শাখৎনা
মরম খঙদা অঙাওবগুম

ময়াম পূম্নক্লদি নুংশিবিখি
তাইফেং তারবা প্রকৃতিগী
চান্নবা শকফম উবদা
কনানসু খঙখিদে মরমদি
তাইওন্নরিবা অসিগী হৌরকফম্

চৎকে হায়জবসু ঙমখিদে
চঙশিনবগী থৌনাসু লৈখিদে
তুখোঙ খুদিং হুমাংনি
থৌনাও কংখি ৱাবনা
লৈ খৎপা ঘোকখিদে

ইশাসে থৌরীনা পুনবগুম্
করক কবক ফাজিল্লকখি
কনাগুম্বগী মতেং পান্নকখি
অদুবু উপায় লৈখিদে
ৱানা খাঙখি মৈনুংদা

প্রকৃতিগী হৈনদবা মতৌদা
পূম্নমক খঙলবী থাজনা
থৌশাদবা মতৌ উৎলকখি
মদুনা হেন্না ৱাহনখি
প্রকৃতিগী থৱায় হকচাং

উপায় লৈতবগী তৌবনি
হিংনীংদ্রবা মীৎকুপ্পী খাংগুমখিদে
লোৎশিন্দুনা থম্বা গুমখিদে
    মীৎকী পীবাং ঈবোইনখি
    ইকাই নুংশি ফুম্বংনখি

মীপূম খুদিংনদি শোন্নহৌই
লোন্না তূমিন্না ঙাংনহৌই
প্রকৃতিগী খল কায়রে
    শকফম ওল্লে প্রকৃতি
    খুৎশেম্না নমহৎপ্রে প্রকৃতি

খগুদশানা তূমিন্না হল্লক্খি
তাশিন্নদা কনাবু য়েঙলমদে
চোক্থরবা দেহবু পুবকখি
    থাংগুমদ্রবা খোঙথাংনা তপ্পা
    অমম্বা মায়কৈ পাঙলকখি ।।৩।।

# নিশাগী ঈপাক্তা প্রকৃতি
## (কুনতকক্লি পানবা)

ঐগী নুংশি পাউজেলনি
নঙনা খঙবীয়ু য়াদ্রবা
নহাক্লা খঙবীদ্রবা নুংশিবনি
নুংশিবা লৈত্রবা মালেমনি

ঐগীদি লোইনা হায়গ্রে
নঙগী নফমদা চিংখদনা
লোইনা ফোঙদোকপ্রে নফমদা
নঙবু নুংশি হায়না

থম্মোয় লকানুংদগী ঈহৌবকপা
ঐগী প্রেমগী ঈচেল
মায়কৈ কনাদসু ফাংখিদে
নঙগী নফমদা নন্তনা

ঐগী নুংশি ঈচেলসে
ঈতিনফম পীবীদ্রে নঙনা
অবেম্বদা তাবে কান্নদ্রে
নবক্কী কোমদা হৈথবে

ঐবু পুন্সিগী অহানবা
য়ু পীথকখিবী লাইবেম্বী
য়ু নত্তে নিশানি
নুংশি নিশা চিন্দমহনখিবী

নিশাগী ঈপাক্তা তিল্লে
নুংশি নিশা অকনবা
অঙাওবা থম্মোয়গী মফম
ঐবু মনীং তমহল্লো

মীচং মীখায় নাইদবী
অমাং অশেং থীদবী
তাইবং সেবা তৌরিবী
নিশাগী মরূপ থাজ

শুরুবা লোকুংদসু লৈরম্মী
গঙ্গাগী ঈমাইদসু তারম্মী
নরকী কোমসু কাল্লমদে
নঙগী নঙালনা থুংলে

নিশাগী পাত্র মনুংসিদা
করিগী নঙনা লৈরব্বা
ঐগী খশ্মোয়নুংদা চঙবীরো
ঙাওমিন্নরসি নঙগা ঐগা

ইপুক পেন্না থক্রে
ঐসু ঙাওরে পেন্না
দুনিয়াসে ঐগী ওইরে
কনানো লম্বী নোক্লকীবা

চুম্না চংলিবা ঐনি
পম্মুং যৌনবা পোত্থাদনা
অদুগা কনানো ইন্নকীবা
ঐগী তুংদা নক্লা

লম্বিসে মসুপ মসুপ্নে
মৈগী চীং পোত্থায়বরা
মথক মখা ওঙ্কোকলে
মালেম পৃথি নিক্রে

সিদি য়ুহা হারেদনা
চাকঙা চাকঙা চাকঙা
চাকহোংবা ঙাহোংবা পীবীয়ু
থাজহোয়গী ইমুং নুংঙাইহন্‌বীয়ু

পৃথি নঙনা নিকপদা
থাজহোয়গী লৈকাইসু নিকও
য়ায়া কন্না কেল্লক্লবা
কনানো অমা কেল্লক্লবা

কবিগুম্বা কেল্লকপা থোক্লবা
থাজ মানা মালেমদা
ঐ ওক্লে নিকও
কেম্ব্রিফাও নিকও কন্না

নোমদা মনোম্মি কেলক্লে
থাজহোয়গী লৈকাই য়ৌদ্রমানে
য়ুহা হাবা নঙসে
মীচং মীখায় নাইমল্লি

ঙসিদি নোংমদোল কাবগে
কনামতা থিংবা য়াবোই
থাজগী মনাক্তা চংকনি
য়ৌদবা সুকম্মা য়াদে

ঐগা থকমিন্নরম্বা ময়াম
লোইনা চংগ্রে য়ৌনগ্রে
মাগী মাগী পম্মুংফমদা
ঐসু চংলিবনি পম্মুংফমদা

ঙম্মী থাজহোয়গী লম্বীসে
কিবিদে য়ৌনবা কাগনি
ঐ ওহ্নবা য়াদে
থাজনা নোক্লখিনি ওহ্নরবদি

ঐনা অসুম চংলি
থাজগী মনাক য়ৌনবা
মনা শাংনা লাক্রে
য়ৌবদি শুকয়ৌ য়ৌদে

লম্বীসে কনামতা চংগ্রে
ঐ লাকপসি কিমানে
হূইকাও খোঙদ্রে লোংলম্মনি
খ্বাইদগী কন্‌বা ঐনি

ঐনা শোমদা লাক্লগা
মানা অশোমদা চংগ্রে
মাগী হৌনবী তৌরেদো
ওন্না তৈনবা ঙাক্তা

মানা ঙমহন্‌বা য়ারোই
ঐ তৌগে য়েংউ
চীংজাওসিগী মতোম্দগী চোংখংকে
হনুমান্না লঙ্কা চোংখিবগুম্

চীংদোলসে মনদি ৱাংই
থাজবু লাম্বা মংদৌরে
ইখূংনা মংনা হেকচগে
পাখঙগী নাপদা চিনজগে

ঙহাক্তং পোত্থাগে চীংদোলসিদা
বাদনা য়ৌবসু য়াররি
থাজগী মনাক্তা শোয়দনা
পোথাদুনা ভুমখোক্কে নুংঙাইনা

চীংজাও নঙ পোখায়রো
নঙনা হোয়েল পোখায়বদা
ঐবু বাংনা লংখংলম্মু
থাজগী মনাক য়ৌনবা

ঐ ভূমগে নুংঙাইনা
নুংশি মঙলান মঙদুনা
মৈগী চীং পোখায়রো
য়ায়া কয়া পোখায়রো

ঐনা মীকপ্ থোরক্পদা
ঐনা জ্ঞান লাক্পদা
থাজগী মনাক্তা লৈরম্মু
ভুন্নীঙৈদা ঐবু লংখংলম্মু ॥০॥

## থামশ্বা অহিংদা প্রকৃতি
(কুনতবেৎনি পানবা)

অহিংগী মতম লোইখিদৌরে
অদুবু থাজদি থোবক্তি
পূমম্ মমলে মালেম
মগুাল ফংদ্রে পৃথিবী

তপ্তপ তপ্তপ থবাম্মিচাকশিং
অতিয়া শীনবা থুংথবে
লোইনা থোবক্তে চিথাদ্রে
থাজ মাতনি বাংলিবা

মনি পবেং হৈদোরকপগুম
নিংথৌ তুরেলদা থবাম্মিচাকসিং
মহৌশাগুম থোবক্তে থাজদি
লাইজ ঈশিং শোকপা

নগুগী নংতৌদা গুাওজবা
বাশক্লা পুল্লবা প্রকৃতি
লাপ্লা গুাইগে মহৌশাগুম
থাজ মাবু য়েংনবা

মশীং থীগুমদ্রবা থবাম্মিচাকশিং
নোংমদোল থল্লা থোক্সনু
নহাক্তবু গুাইজবনি ঐনা
থবাম্মিচাক কনাবু থোয়দাদে

খুৎনা লাম্বা ফগুদ্রবী
মায়থোং মপূম লোংলবী
লোল্লা লাংচবনি নগুতবু
লাপ্লা লৈদুনা কাউদনা

নঙবু ফোংনা য়েংদ্রবা
লোন্না নতৌদা ঙাওজবা
আশাগী মঙলান্দা লেনজবা
প্রকৃতি ঐগী ইথৌনি

লোইবা নাইদনা ৱাবৌথ্রবী
থাজ মাদি থোরকখিদ্রে
লিংজেল শাবী থাজ
লোংখ্রে তৃমিন্না লৈখ্রে

নোংদোল থৱান মবক্তা
থাজ মাদি য়াওবদ্রে
তুবেলগী লাইজ ঈবোলনুংদা
থাজগী মমি তাবদ্রে

নঙগী ফিবেপ অচেৎপা
প্রকৃতিবু লাপ্পা থম্বীবা
নুঙ ওনথ্রবা থম্মোয়
নঙগী অবেপ্পনি হোংদ্রবা

পৃমচিক্ চিকপা অহিংসে
সাইওন চাম্মা পুববে
মায়া পুবী অহিং
থম্মোয় চাম্মগী মীতাফমনি

অৱাবা থম্মোয়দা মৈচাক
ওমচাক্লনা চাক্লিবা মৈচাক্
নুংঙাইবা কনাগী থম্মোয়দা
নুংঙাইবগী ঈথক্ ঈপোম্মি

মনীং তম্না থম্মোয়গা
অচিকপা অহিংগী অমম্বগা
চিবোন তৌনে লোম্না
থম্মোয়গী বিচাবনি অরোনবা

আশাগী থাউমৈ মরুমদা
নিঙবা কায়রবা মপোকসিনা
শাগৎচৈ আশাগী মঙলান
মথং মপোক্কী তাইবং

অহল মতম ওইবে
লাইবক্তা চহী মশীং
উনশা খুইরে শুপলে
অরিবা যুম থাদোক্লনি

মুবম্না শন্নাং ভৌরক্লে
পাঙ্গল থৌনা খন্নক্লে
কুমজা কয়া লোইখবে
নঙতগী থৌজাল ঙাইবদা

কল্লকপা অপাম্বা মীহৌবা
লোইনা মাঙত্রে লোইত্রে
মতমগী নোংলৈনা পুবীখ্রে
থম্মোয়গী নুংশিবতনি হোংদ্রিবা

হেন্না হেন্না নীংশিংই
মীকুপ খুদিং কাউঙমদনা
ময়েক হেন্না শেংলক্লী
থাজগী মায়খোং নুংশিবা

চৈনা যংলিবা থস্মোয়সিনা
কাউবা ঙমদনা নীংশিংলি
চৈনা পীরিবা মহাকতবু
ফাওরক্লে হেন্না চৈনা

ফিরেপ হোংদ্রবী থাজগী
য়াবা য়াহৈ অরেম্না
মথং মপোক লাংওন
লাংওন মতম ঙাইজবিবনি ॥৩॥

## থাজগী পাউজেল
(কুন্নিপাননি পানবা)

কোয়বাওনবী থাজগী মায়থোং
শকফম কায়বে মচেৎনি
নুমিৎ খুদিংগী হোংলে
ময়েং তাম্রে কবিগীনো

য়াহৌ ওনবী তম্বকপী
অথেঙবা অহিং মমৈগা
চান্না মঙ্গপ ওইবে
অহিংগী থাজ ওইবে

তাইবং ইচিক হুনখ্রবা
অহিং মমৈ অথেংবদা
থাজ নঙবু ঙাইবিঙে
অহিং লিক্লা তাবক্লে

অহিং লিক্লানা যৈবদা
কোঙ্কী শন্নাং চোৎলসু
থাজ নতৌ উবগা
থম্মোয মৈচাক হেনগৎলি

অহিংগী লিক্লগা ঈরোইনবা
নঙগী মীংকী পিবাং
মবম খঙদ্রবা থম্মোযসিনা
তৌফম খঙদনা য়াজে

থাজনা ঐঙোন্দা য়েংলি
ঈংনা চিক্লা চিংনা
ঐসু য়েংলি ওক্লা
অথেংবা অহিংসিদা মঙগুম্বনি

তপ্পা পাউখুম পীবকবি
লাপ্পা লৈয়ু কাওথোক্লো
নুংশিদুনা হায়বনি পামুদুনা
বাঙাংদবী থাজগী পাউখুমনি

মথং মপোক নঙগীনি
ঈশ্বরদা তত্তনা নিজৌ
মথং মপোক্তা থুংনসি
মপোক খঙনা পোক্লকউ

মপোক থীনা পোক্লকপনা
পাপ চেল্লবী ওইবে
নঙনা কবিগী খঙদবনো
ঐসে ঈবৈদা চেন্থববীনি

ঈচেলসিদগী কাখৎপসু ঙমদরে
ঙমসু ঙম্নবোই মপোকসিগী
লোইরবা মপোক্লি কেন্নবা
মূর্ত্তি কায়দনা উজববসু

তাঙ্গোয় ওনন্নবা থম্মোয়নি
নঙগী নুংশি মৈচাক্লা
নঙবু চৈখিবনি পামুদুনা
ঐবু কাউথোকপা ঙমজনবা

নঙবু চৈখিবা মীৎকুপতো
ঐগী হকচাংদি মৈনুংদনি
মচেৎ তানা কায়খ্রবনি
খোমজিনবা য়াদনা থম্মোয়সে

ঐগী থম্মোয়সে অশিবনি
শিববদি লোইরবা নংত্রা
কবিগী তত্তনা হংলিবনো
অশিবা থম্মোয়দা ৱাহং

ঈচেল কল্লবা ঈবৈনা
ঈপাক তম্না পুখ্রবা
ঐগী পুন্সি খোঙচৎ
কংফালদা অমুক হললকবোই

অসুম অসুম তামখবে
লাপহৌবে পুন্সি তোবর্বাল
খোঙচৎ অসি লোইখিদৌবে
শিনবা পোক্লকখিবা মপোক্লিনা

মফম খণ্ডনা মাঙখিবন্নে
ঐগী থম্মোয় বসন্ত
লৈকংলা ওইরে অবেম্বদা
খুৎশেম্না খুদুম চনখ্রবীনি

কোয়শিন্দুনা থম্বীরন্নে ঐবু
শম্বলগী মনুঙদা হিংজরীবীনি
মনীং তম্বী শাদুনা
শম্বল মনুংগী সংসাবদা

শায়োকশঙগী শা উচেকশিং
নোংজু নুংশাগী ৱাবমলোই
চানা থক্লবসু ৱাংলিবোই
নুংঙাই পুন্সিদি নত্তে

চেনা শাবা লৈবাংগুম
থবায় য়াওদ্রবা হৃকচাংনি
মমিংতগী ওইনা হিংজবনি
অশিবা লিলগী মমৈগুম

হে প্রকৃতি লাইবকফবা
নুংশি ৱাশক্লা পুন্দুনা
ঐবু ঙাইবি নঙনা
মিৎকুপ খুদিং কাউদনা

নঙগী পুন্সি সংসাবদা
মীৎকুপ অমতং তিনজববা
থাজ ঐগী মপোকসে
মহৈ য়ানবা ওইবমগনি

অয়ুক্কী লিক্লা শীংথাদবী
মফম খঙদনা মাঙখিবা
থাজ ঐগী পীবাংনি
অহিং খুদিং কপ্পিবা

তাইবং কনানসু খঙবীদে
থাজ ঐগী অৱাবা
তাবীনবা কনাসু লৈতে
নিঙমদা ঐগী তেংথাখোল

ঐগী থম্মোয় মরুভূমি
লৈকংলানি মপোক অসিমগী
নঙগী মখং মপোক্তা
নুংশি লমল শিংজবগে ॥০॥

# অরোইবা পাউজেল
## (কুনমাপন্নি পানবা)

মপুং ফানা পুন্নগা
অশি লৈবাক্তা চৎপদুবু
পুন্সি হায়না কৌই
পুন্সিগী অবোইবা খোঙচৎনি

ঐগী পুন্সি অসিসু
মপুং ফানা পুন্নে
থাজগী নুংশি থৌবীনা
কীশি মশীং সুবে

থৌবাং পুম্বা লোইরে
অশি লৈবাক্তা চৎলনি
নুংশি পোৎয়োম পুদুনা
নুংশি পম্বুং য়ৌনবা

বৈতরণি তোবর্বান্দা কন্নমগে
লৈঙোই মথক্তা হিপুনা
খুৎশা মশীং থিদুনা
নুংশিবী মাবু ঙাইবমগে

থম্মোয় পেন্না কপ্লমগে
থাজ মাবু নীংশিংনা
বৈতরণি ঈচেলদা ঈহাপকে
ঐগী পীগী ঈচেলনা

ঈচেল নাইনা চেল্লিবা
কংবা নাইদ্রবা ঈচেল
বৈতরণি তুবেলগী ঈহৌফম
মিংলু থম্বাল অনিনি

ঈচেল অনিগী ঈতিনফম
বৈতবণি তুরেল তোবর্বালনি
শাবী শানৌ চাম্মগী
ঙাইনা পীরাং লিশিংনি

নুংশি খোঙ্গুল লীরকপা
পাম্মু হৈনা তুংইল্লকপা
শাবী শানৌ কয়াগী
মীৎলু পীরাংদি য়াওদববা

মতম কুইনা কায়নক্বা
নুংশি নাক্তা বাইথুংলবা
পাম্মু থবায় কয়াগী
পাম্মু পোলোই পীবাং

পীবাং অনিগী ঈতিনফম
বৈতবণি তুবেল তোবর্বাল
পুন্সি পোলোই ঈবানফম
মাগা ঐগা লানমিন্নগে

অশি লৈবাক্কী বাবী
থাজ মাদি খঙলমলোই
মালংবা নঙোন্দা লীবমগে
থাজগী নাপদা তম্নুনবা

অশি লমদম লম্মুংশি
থবায়গী সমুদ্র ঈপাক্তা
খোঙ্গেল অমা থোকফদে
য়াবা বাহৈ কাঙফদে

অহিং ইচিক হনবা
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা
অহিং তাংলৌ অথেংবগুম
পুমচিক চিকপা মকমনি

কল্লক য়েংথীবা লৈত্রবা
মীনম্ শোবী য়াওদ্রবা
ব্রাখলনা ঈপোম হৌবা
পুক্লিংনা ঈথক্ কাবা

অশি লমদম লমনুংশি
খমুং কিকোই লৌওনবীনা
নাওশুম ঈশৈ শকপলম্
থবায় মাগী ঈতুংফম

থবায়না থবায়দা ঈতাবা
থম্মোয়না থম্মোয়দা ঈতিনবা
পুক্লিং অনি লোঙদ্রবা
অশি লমদম লমনুংশি

থম্মোয় মাগী মপাউ
চিনবান মানা ফোঙদ্রসু
পুক্লিং ঐগী অপাম্বা
মায়থোং মীংশেলদা তাদ্রবসু

থম্মোয় থম্মোয় ঈতিন্না
পুক্লিং মকা লামমিন্না
নুংশি মিৎয়েং মীৎচান্না
মাবু পেন্না য়েংজগে

মাগী পাপকী দণ্ডি
অশি লৈপাক্কী ব্বায়েল
মহুৎ শিন্না থৌয়াগে
মাগী অব্বাবা পুজগে

অশি লমদম লৈপাক্তা
খণ্ডজসনু থব্বায় কয়ানা
মাগা ঐগগী নুংশিবা
কুন্দ্রে ওইনা য়েংসনু

থম্মোয় ঐনা পেনজগে
থব্বায় ঐনা পোত্থাগে
থাজগী মায়থোং য়েংদুনা
অব্বা পোংলুম কাউথোক্লে

গুসি মানা তাবীদ্রবা
নিঙমদা নুংশি ইপাউসে
থম্মোয় পেন্না পাউদমগে
অশি লমদম লৈপাক্তা

ঐগী শিগী ঈচেলদা
থাজগী থম্মোয় ঈবাক্লহনগে
নুংশি চাউবা থম্মোয়সিনা
মাবু কনগে ঈবোলনুংদগী

মাগী অব্বাবা য়েংঙমলোই
খম্বল চাউবা থম্মোয়সিনা
নুংশি চৈনা খঙলুবনা
মাগী থম্মোয় ব্বাহল্লোই

হয়েং ইনুং ঙাল্লগা
ঐদি চৎলনি অরোইবনি
নুমিৎ মানা মম্বদা
ঐগী পুন্সিসু মন্ননি

মালং নুংশিৎ লাইওইবা
তাইবং মপুং লেপলিবা
অহিং শিৎপা নুংশিৎনা
তাইবং ইচিক লোক্লীবা

নোংঙাল্লমদাই শিৎপা নুংশিৎনা
য়াইবী লৈনম য়েল্লিবা
তাইবং নুংদা শিৎলগা
য়াইবী থবায় ওইবিবা

নঙনা ঐবু থাদোকলো
থাজগী থম্মোয়নুংদা শিৎলুবো
থম্মোয়গী মপাউসে পুবীগ্রো
থাজগী মফমদা তম্মুরো

ঐদি চৎলগে থাদোক্নুনা
মাবু ঙাইব্নবা ঙাইনফমদা
বৈতবণি ভুবেল তোবর্বাল
ঙাইনীংবা কয়াগী ঙাইনফম ।।

# পোলোই
(থাশি)

চাদা থক্তবনা য়াঙ্গংলবী
শকফম কায়ববী থাজ
নঙগী নতৌ য়েংদুনা
কবম্না পোত্থাবা ঙমগনি

ঝাহে অমতংদি হায়বীয়ু
নঙগী করম্বা অবাবা
নহাক্কী করি নুঙাইত্তবা
ঐবু নতেং পাংহল্লু

নুংসুরুবা নঙগী মায়থোং
য়াতাদ্রবা নঙগী ঝাখল
পোত্থাদ্রবা নঙগী নতৌ
পুম্নমক্কী চৈনা ঐঙোন্দনি

পাইবকখিদ্রে নোংইন চেক্লা
লুকথদুনা লৈদ্রে থাবিকথাসু
কপহৌরী তিঙোং-কাঙোং চেক্লাদি
থাজগী শকফম উরগা

হায়বীয়ু অমুক্তং ঐঙোন্দা
শোত্থাংলবা খোঙেললনা তুমিন্না
নঙগী য়াইফ থৌরাংগীদমক্
লেপ্নী ঙসিসু প্রকৃতিনা

অহিংসে ফনা থেঙজিনদ্রে
মায়থোং থম্বাল মমশিনদ্রে
থাজগী শক্তম মাংখবে
তৌবাং ফক্তা য়াতাদ্রে

য়াহৌ ঙনবা ভক্তশিংনা
মন্দির খুদিং কোয়রক্কে
মীনা পূমলেঙ লেঙলে
ঈশ্বরগী খৌজাল নিরক্কে

লাইনিঙ লাইশোন্না নিক্কে
থম্মোয়দা চেংনা খৌনিক্কে
ঈশ্বর মাগী মকমদা
য়াইফ মঙল পীবীনবা

থাজ মাদি য়াওবক্রে
কবিগী তুমিন লৈখিবনো
তথক তথক তামখবে
তপ্না তপ্না শামখরে

কপ্লবনি ঐগী থম্মোয়সে
পোখাবা মংলনা বানা
নঙগীদমক্ থনলগা থজারগা
ইনাক ইনাবু কাউথোকলে

ঐগী মীংশী পিরাং
ঈথক ঈপোম হৈয়রক্কে
ঈচেল নাইরে লেপ্পাইদরে
ইন্তা নোংজু অহিংগুম

ঊবিনা য়োকখিল্লবা ঊপালগুম
ঊপায় লৈজব্রবী থাজসে
তাইবং মৈবা মূংগ্রববা
পুন্সি পোলোই পীখম্লবরা

তীর্থ খুদিং কোয়দুনা
মন্দিব খুদিং চঙদুনা
নঙগী থবায় নিকবা
পূন্নমক অবেন্না ওইবক্রে

সমুদ্র ঈথক মাপলনা
খৌগল তৌবীবী কন্যাকুমাবী
তাইবংগী মপু ওইবিবা
থাজগী থবায় কনবীয়ু

অবোইবা শ্বব হোন্দুনা
থবায়গা হকচাংগা খাইনবা
থাজগী অবাবা য়েংঙমলোই
মাবু অমুক্তা কনবীয়ু

ঐগী অঙাওবা ইতৌদা
অহল ওইরবা সাধুবাবা
ইনাক তম্না চঙশিল্লকখি
ঐগী অবাবা হংবীরে

ইপা পাখংলবা থম্মোয়না
মীৎলু পীরাং ঈহৌনা
সাধুবাবাবু চেৎনা কোন
থাজগী থবায় নিন্নই

লৈঙাং শেংপা সাধুবাবানা
থম্মোয়বু ফাথদুনা হায়বকখি
আত্মাদি শিবা নাইদে
অমনবা দিহে শিন্দোকপতনি

নোংচুপ মায়কৈ আতাম্বদা
থাজ কৌবী লাইবেন্নী
সমুদ্র ঈবিলপুংদা তিনগ্রবনি
মপোকসিগী অবোইবা বিদায়নি

ঙসিসে থাশি নুমিৎনি
থাজগী অবোইবা নুমিৎ
হয়েংদগী মপোক ওনব্রগনি
অনৌবা মপোক অমা

অশি অনা থা
লাংবল থাগী থাশিনি
সমুদ্র লাইজ ঈপাক্তা
থাজগী ওপন কচ্চহৌবো

হয়েংদগী অনৌবা মপোক্
থাজগী মথংগী মপোক
ময়ায়কাবা মায়থোং পুদুনা
পোক্লকলনি থাজ মহাক্

শাবী শানৌ কয়াগী
থম্মোয় মবাঙ হৌহনবা
মেরা থাগী থানিল
থাজগী মথং মপোকনি

সাধুবাবাগী মব্বাহৈ তাক্নবগা
ইশাসে ইতাউ তাউখি
অব্বাববা নুংঙাইববা খঙখিদে
ইপা পাখংন। লাংতক্লখি

নীংশিংলকখি মমাঙগী রা
থাজনা নোংমা হায়খিবা
মথং মপোক্তা থুংনসি
নীঙজবিবা ঐগী ইতৌদা

কপকদ্রা নোক্কদ্রা খঙখিদে
থম্মোয় মবাঙ হৌরকখি
লাকলে খল্লুবদা ঙসি
থাজগা হায়নখিবা মিংকুপ্

ঙসিদি সমুদ্র ঈপাকসে
হবাও ঈথক হৌখিদ্রে
পূমচিক চিকপ্রে তূমিন্না
কায়না চিন্তা রাখলদা

লৈবাং খুজোক অমতং
খুবাম চোন্না পায়দুনা
নুংশি তর্পন কচ্চবমগে
থাজ নঙনা খঙবীয়ু

ঙাইখো থাজ ঙাইবমখো
নঙগী মায়কৈ য়েংনা
ঐসু নতুং ইল্লকলবনি
মথং মপোক লাংওয়ীন্নবসি

নঙনা চৎখিবা মায়কৈ
নঙনা তিনখিবা ঈপাক
নুংশি হৈনা তুংইল্লক্লে
নুংশি সমুদ্র ঈপাক্তা

নঙগা খোঙবু ওইরবা
অময় মপোক্তা পেরকনা
নোংখোল থবাম্নিতাক লিশিংনা
কাবনা থিবয় শীরকহে

কামনরশি নখোয় লোইনা
মথং মপোকনা উবাদি
কাজনা লোমননা লাংজরককে
মপোক কতনা পোকনা

নুংশি মাপক ওরকগে
নোংইল মপোক্তা পোকরকে
থাজগী নোংইল ওইরগে
নখোয়না শাকী ওইহৌরো

হে সমুদ্রগী নাইরেম্বী
প্রকৃতি ঐবুসু লৌশিল্লো
তিল্লবনি নঙগী ঈশাক্তা
থাজগী তুংইল তমজনা ॥০॥



